[illegible]

# খৌরাংলিবা অচীকপা

য়াইমা হাওবা



অশৈ বাফোঙ য়োকখৎ লূপ

# *Khouranglība Achikpa*

a book of collection of Manipuri poems
by Yaima Haoba



অইবা মশানা
অশৈ বাফোঙ য়োকখৎ লূপ, ইতম নুঙ্গোয়,
ইম্ফাল ইষ্টকীদমক ফোঙবা।
অহানবা ফোঙবাঃ ডিসেম্বৰ ২০১১
মখুমগী মওংঃ অইবা মশানা শেম শাজবা
ফংফম থোকপা লোইনমক অইবগীনি
কনাগুম্বনা মৰম চাদনা অইবগী অয়াবা য়াওদনা
শৈবেংশিং অসি মওং অমত্তদা শীজিন্নবদা অথিংবা থম্মী।
লাইবিক অসি অইবা মশাগী য়ূমদা কম্প্যুটৰ টাইপ সেট তৌবগা
পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজাৰ, ইম্ফালদা নম্বনি।

লূপা ১৫০/-

| | | |
|---|---|---|
| অয়ূক | নুংথিলদা | লাওলম্বা |
| অহীংগী | অমম্বদা | পোখাম্ববা |
| কৎচরি | নখোঙ | খূয়াখাদা |

# লাহারক লাঙ্খোকপা

অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লূপ, ইতম নুঙ্গোয়, ইম্ফাল ইষ্ট দিষ্ট্রিক্টকী মেম্বরশিং য়াম্না উইবা ৱাতঙখোই পয়াগুম্বনি। অয়াঙবা খোঙজেলদা মাঙ থাগৎপা নৎত্রগা তপমনখিদুনা শোংথখিবদগী মশক উখিদবা মদুসু নত্তে। অইবা অমদি লাইবিক অফোঙবশিংগী খুন্নাইনা মতিং লৈনা চোংথোবক্তুনা মতিক ময়াই চেনবা পোখোক সাহিত্যগী পূকৈদা চোন্না হাপচিনবা ঙম্লবা মতমদা মীমাঙদা ঐখোয় পূম্নমক্কী চাউথোকচনীংঙাই ওইগনি। মেম্বরশিংনা ৱাফম অসি লূপকী পান্দম মনুংদা অদুম চেংনা থমজৈ।

লূপকী খোঙচৎ অসি চহী তবানিপাল শুবক্লে। লোল অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা থবক থৌবম অয়াম্বা ঐখোয়না চাওবাক্লা য়েংজবদা অশেংবা থবক পাঙথোকফম খোকপা থৌদাং পাল্লবা লৈবাক্কী মীওইশিংনদি ইবৌ লৌখৎপা উদে। লনাই লূপশিংনবু থোইদোক্লা পাঙ্গল ফৃদোক্লিব্রা খল্লি। শীংথানবা য়াবা মহয়সু পুবক্লি।

হান্ননা ***মীংয়েং অমসুং পনশৈ*** কৌবা শৈবেংগী লাইবিক অমা ১৯৯৯দা খূদোল তমখ্রবা য়াইমা হাওবনা শৈবেংগী লাইবিক ***থৌবাংলিবা অচীকপা*** কৌবা অসিমগা অমুক হন্দক মহাক্কী অনীশুবা অদুগা লূপকীনা তবামঙাশুবা লাইবিক ওইনা মীয়ামদা খূদোল তম্লক্লি। মসিবু খ্বায় তবাগী মফমদা থরায় য়াওনা লাঙ্খোকচবি। তবাম্না লৌবিগনি।

এল বামেশচন্দ্র
প্রসিদেন্ট
অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লূপ

# হায়জনীংবা খজিক্কং

কবি মতিক ময়াই চেনবা মীনা ইবা লাইবিকপু কবয়া অনীংবা, মশাগী ফিবেপ অমদি মচৎ লৈবা মীওইশিংনা পাবগে? অইবগা অপাবশিংগা অচেৎপা মবী শন্নদবা মফম অমদি মতমদা লাইবিক্কী কান্নবা লৈব্রা? মতাঙ অসিদা ফংলিবা ময়েক শেংবা য়াফম অমদি অইবনা মাগী খুৎইদা তাইবঙ খোনবা য়াচুম ময়েক লানা পীবা, অচন্না অপাবশিংদা লায়না মঙাল ফাওগদবা য়াবোল মবীক চুন্না পীবা পাউজেল নীংথিনা হায়া তঙাইফদনা চঙই। সাহিত্যগী মচল খুদীংমক্কী পোখোক্তা য়াফম অসে চুমই হায়বা ময়েক্লা পোপ তাদুনা অদুম লাকই, চুমদুনা মতম শাংনা লৈখিনি।

শৈবেংবু কনানা পাবিগদৌবিবনো হায়বা মী য়াম্না লৈ। মসিনা হায়বদি কনানসু শৈবেং পানীংদে, পানদে হায়বনি। য়াহংসিগী পাওখুম য়াহংনা অদুম খুম্না য়াই। শৈবেংবু কবিগী পাবোইদৌবিবনো? শৈবেংমুক ফজবা সাহিত্যগী মচল লৈতে, শৈবেংবু মশক মুন্না খঙবনা ইবা অমদি অপাবনা থম্মোয় য়ৌনা পুশিনবা ঙমদবগী য়াতনি। মফম মতম মাঙহন্দনা অফবা ফিদমগী য়াখল লৌশিং য়াম্না পীক থন্না হাপ্পুনা পীবা হায়বসে শৈবেংগী খুত্থানা মতম কুইববগী মমাঙদগী ঙমদুনা লাক্লি। ঙমদবা থোক্লবদি শৈবেংগী মবায়বকপু কনানসু য়েংনীংলোই- অইবনসু অপাবনসু। থোইনা মবায়বক থীবিবনা অইবনি।

উবিবা ওইবিবা ফিভম অসিদা শৈবেংগী মচল অসিবু থাদোকপা ঙমদনা চেৎনা কোঞ্জনীংবা হায়বসে পামজব্বা অনীংবনা পুনখিবনা ওইবদি য়াই হায়ববু য়াদবদি নত্তে। চপ মান্নবা মচাক পীদুনসু খুৎহৈবনা চনবগা হৈফাত্তবনা শেম্স্নগদি মশক মান্নবা হৌনদে, খুৎহৈবদুগীনা মীৎয়েংদা মবম চানা শোয়দনা ফজবা অমসুং চেকশিনবা হেনগনি।

শক্লাইববা মণিপুরী উপন্যাস্কাব অমা, মহাক চহী অমা অনীগী মমাঙদা লাই ওইখ্রে, নোংমা ঐগী মোটোব বাইক মনীংদা সাহিত্যগা মবী লৈনবা থবক অমগীদমক দূবদর্শন কেন্দ্র, ইম্ফালদা চৎমিন্নখি, মদুদা মহাক্লা ঐঙোন্দা হংখি, "ইবুংঙোদি কবি কবি পায়খৎলিবা, কবি ইবিবা?" ঐনা খুমখি, "পাবুং! ঐদি শৈবেং পামজবগী মদোমদা খবা

ইনবা হোংনজে।" মহাক্লা, "শৈবেং হায়বসিদি তান চানা ঈশৈ শকপা য়াগদবা মই ওইগদবনি, হৌজিক মতমগী শৈবেংশিং অসিদি মদু য়ৌদে।, ফৈ ফৈ শৈবেংদি শৈবেং ওইনবা ইমু" হায়বিবশী। ককপা য়াদনা ওহ্মোক্লা চুন্নবা মীৎয়েংনি, অমবোমদনা লেপ্পা নাইদবা অহোংবা খোঙচৎ হায়বসিমদি কবম্মা ফাদুনা থম্বা ঙমগনি' মতমগী অনৌবা মহাও হায়বসিবু তংহৈদববা, ময়াল নীংথিনা শেম শাদুনা হেন্না ফবা অনৌবা মথেল পুথোকহৈদববা? ঐনা ইতোমতা হংজখিবনি।

ব্রাহৈগী মমল নীংথিনা খঙবা ঙম্বা মীশিংগী মফমদা শৈবেংগী ব্রা পল্লুবদা কান্নগনি। চিশিন খোমজিন্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা চেকশিন্না ব্রাহৈগী মপাঙ্গল ফৃদোকহনবা ঙম্বা হায়বসি সাহিত্যদদি শৈবেং হায়বা মচল অসিতনা খ্বাইমক্তগী হেল্লি হায়বসি মহাকাব্যশিংনা ময়েক শেংনা তাকই। মী অমনা হৈনদ্রবা, কান্নবা লৌবা ঙমদ্রগা অতোপ্পা অমদসু হেক্তা কান্নদে হায়না লৌবসি লোজিকেল্লী অচুম্বা ইন্‌ফবেন্স নত্তে। পোংশক অমগী কান্নবা হায়বসি নীংথিনা মফম মতম চানা শীজিন্নবা ঙম্বদা লৈ, চাক থক্লুবগা মী শিবিবা হূ অসি মতাঙ চানা কান্নবা মওংদা শীজিন্নববদি মমল য়ামই। অপাবা মীদা শৈবেংগী মহাও খঙহনবা, পামহনবা, হৈনহনবা. তঙাই ফবক্লে। শৈবেংবু মমল য়াওদবা খূৎইনি হায়হঞ্জনংদে, শৈবেংনা ঐখোয়গী ইবক্তা অসুক কূইনা তগৎ তগৎ তেক্লা মকা ফন্না শাৎকায়দুনা অদুম লৈবা ঙম্লক্লিবসি লায়না লৌবা য়াবা ব্রা নত্তে।

হৌখিবা চহী তবাগী মনুংদা ঐগী ব্রাখলদগী পোকখিবা শৈবেংশিংনা, লোয়নমক নত্তুবসু, অয়াম্বনা পূল্লপ হৌনদুনা লাইবিক অমগী মশক লৌদুনা লেপ্লবনি, মপাঙ্গলগী ব্রাদি ঐনা হায়বা ঙমদে, শোল্লবসু মখূৎ শম্লদুনা লেপ্পা ফাওবদি লেপ্লবত্রা হায়না অপাবশিংনা মপূক্লীংদা ফাওবিবা অসিতনি ঐনা খঞ্জবিবা।

দিসেম্বর ২৪, ২০১১ য়াইমা হাওবা

# শৈরেং য়াওফম

---

# রোগ্‌স্‌ গ্যাল্লবী

( Rogues' Gallery )

মবৈবাক্কীদমক মীয়ামগীদমক
লৈত্রে খনজৈ সিবী কৈনোনা কখোক্তবা কবিসু,
যাল্লম্বা থোক্লবা মহাক্কী থব্লায মশীং
ব্রাশক্লি ঙসিসু কংকে লোইনমক।

যাওকদবা লৈখিদে লৈবাক্কী ঈহৌদা
চঙলুদবা যাওখিদে মীযামগী খোঙজংদা
অহীং থিখিদে নুংথিল নাইখিদে
মীৎকৃপ 'মত্তবু খনখিদে মহাক্তগী ওইজবা।

হকচাংনা চোকথববা ব্রাখলনা তূকথববদা
ঙসিদি উবে মমীৎমক্লা তশেং তশেং
বোগ্‌স্‌ গ্যাল্লবীগী ফোটো পবেংদা
মহাক্কীনা মকোক ইথং থংলিবা।

# অতাঙবা পাউতাক

নতৃবু শীংজংনা খাযদোকুনা হাৎলিবা নুপা
তশেংনা উৎলে নঙনা মীদা যাওবা শাবমচং।

নঙগী নুপীবু নখূৎমক্না য়ানখাযদুনা হাৎলমদ্রবদি
কনানা খঙলমগনি মতৃ হাৎপগী তমথীবা মশক।

মীওইবা তাইবঙদা কযাদা তাঙলবা পাউতাক্রো
ওম্বোক্না মমল ব্রাংই মতৃ হাৎপগী থীববা মিংচং।

# ঈবোন্নুংদা

অমোৎপতনা ঈমায থুংনা কৃপস্থবনিনা
কনানসু উবা ফংদে ঈচেলগী মশক
অদুবু মসিমদি শোয়দনা থাজবা ঙমই
তক তকবা শক্লোংপা ঈচেল অমদি
চেল্লিনে ঈবোন্নুংসিদা থিংবা ঙমদনা
শাফোঙনবা পৃংফম তাঞ্জা ঙাইবদুনা।

# পবীং পথাব (১)

মঙাও থীনা হৌবকপা ঐ
মী লাই কিখিদে
চৈজা নম্বোনবকখি থেংখাং কয়াদা।

ঐনা পোকচবা ইচা
লুনা চান্না য়োকচবগী মতীক
লম যাম্না হেনখি,
চৎহন্নীংবা লম্বী নোংমত্তা চৎখিদে
লীক্লম যাম্না নাম্বোকখি।

ইচানা পোকপা ঐগী ইসূ
য়াম্না নুংশিখি
লম হেনখি মাসু
ওখাক্লা চৈ থাংখি
অদুবু অদুম লম মহেনখি।

ইসূনা পোকপা সূথাং
ফনা চাউবে
যেংবদা মতৌ নুংশিবে
মঙাও থীবা হৌবক্লে।

নোংমা ইসূনা ঐঙোন্দা হায় –
‘পুপু’ অঙাংসে লম যাম্না হেল্লি
মনম চৈ তোৎতবা য়াবোইদৌবি।’

# পাউখোঙগী মনুংদা

অঙানবনদি নোংমত্তা উবা ফংদবা
অমম্বনদি থম্মোয় পেন্না কোনবা ফংলিবা
লোৎসনু অবোনবগী মনুংদা অবোনবা
ফোঙগনি পাউখোঙ অমগী মথংদা অমা
য়ান্নবসু মশীং চাম্মা লীশীং কয়া।

অপাম্বা ফংগে চোংশিল্লুবদা
ইখূৎ ফাদুনা হেক্তা খাল্লক্লিবা
চবম পায়দুনা হেক্তা মেৎলক্লিবা
পাঙ্গল পূম্বা হীকথহল্লিবা
তৌহৈদবা নঙবু কনানো ?

ঘ্রাবকপা ইনবা থম্মোয
ঘ্রাবকপা ইন্দবা থম্মোয়
অফ-ফত্তগী চোয়-চাং ওন্নবা খূৎলায়
ঘ্রাখলগী কাচিন্দা লোৎলিবা লৌশিং
নঙ থৌনা থক হনগনুকো !

# পামজবা

অমুক্তা নমখিদ্রিবা নুংশিবা লৈনম
নম্বা ফংজবে ইনাতোন অসিনা
চিংশিঞ্জবে খম থেংনা থনুং য়ৌনা
পামজবা থম্মোয়না ইবেপ থূম্না ঈরুপচবে
হেক ফাওদবমখৈ মীৎকূপসিদা
লৈবিব্রনে তাইবঙপান কৌবা অমা
ঐগী নত্তবা।

মীৎকূপ অমত্তংগী ফংজবা নঙবু
ওইজনীংই খোঙলোয পুক্সি লম্বেলসিদা
তৎন-থান লৈতনা শাংল' খোঙচৎসিদা।

ঐদি ঙমই ব্রাশক্রবা -
নঙতবু কাযনবোই হাযববদি
পুক্সিসে ওইববসু মীৎকূপ অমত্তংগী
সৃপ্নগী মীৎকূপ অমত্তং।

# কীন্থবা

নশক নতৌনা ইপোমগী হৌফম
মীৎযেংগী ঈপাক্তা কাবকপা ঈথক্রা
থোৎনা শোল্লবা পূক্লীংগী তোর্বান্দা
শাফূদি কয়াদা কন্না থেংলবি !

মঙাও থীববা ঈথকসিনা যৈবদা
হামজীল্লবা থম্মোযগী লৈবাযনা
কীন্থবি অকিবা ফংনা
চীংজাউ নাপোম নীংখায়বগুম
ঈপাকথক্তা জম জম !

## থব্রায় মচা মচাশিংগীদমক

খোঙ্খাং য়েখ্রে নঙগী নপাউদি
তান্ন' চীংব্রাংমগী লমদমশিংদা
ঈব্রাই-ঈনিলগী ঈথক্রা য়ৌখ্রে
লাপ্প' ঈব্রাংমগী লৈবাকশিংদা,
মমীৎ পাঙনা নাকন্দা তৃপ্নিবশিংদি
মচী লেঙদনা নাখোক্লি
নুমিৎতি তাখিদৌবে।

নোংমগী পান্দম অমৈদমক
মোমোন মায়খোঙ পুদুনা লাকচবা
থব্রায়শিং অদো
থব্রায় মচা মচাশিং অদো
কবিমত্তা খঙজখিদে কবিগীনো
মখোয়না নীংজবা পঙ্গুংবু মুনবিদুনা
নমফৃন্দা তমথীনা
ওঙ্গোক্রা তমথীনা
পুন্সি পঙ্গুং য়ৌহনখিবা !!!
নুংশিবা থব্রায লৈবাংশিংবু
খাঙডুথক্তা পিখম্লনা কেমহনখিবদো
ঊফূলথক্তা চোইজাইননা
মীনুংশি য়্যাওদ' খোঙনেৎনা
লম্বীগী ঊফূল 'থক্তা।

থব্রায পানবশিংনা পোকই
মবম লৈবগী,
থব্রায পানবশিংনা হিংই
মবম লৈবগী,

থব্রায় পানবশিংনা শিবি
মবম লৈবগী।
অদুবু
লাঞ্জখিদ্রবা থব্রায়শিং
চমজখ্রবা থব্রায়শিং
শোঞ্জখ্রবা থব্রায়শিং
মবম চাখিদ্রবা মবমশিংনা
মবায হাইগৎলকপা মীৎকৃপ্তা
মখোযবু মাঙহনখি
মখোযবু চৎহনখি
মখোযবু হলহনখি
মীনুংশি খঙবা চৎনবীগী মায়োক্তা
মীওইবগী মীনুংশি ৱাংমদা ।
থব্রাযশিংগীদমক ৱাশক তেমশীংলিবী
নঙগী থৌনা
নঙগী থৌবাং
নঙগী থৌদাং
নঙগী পৃক্লীংগী অকনবা ফিবেপ
ঙসিদি মীপূম খুদীংনা মমায থাঙ্গৎনবক্রে
মালেমগী মচি মচিদা।
অহীং খূদীং নঙদি নঙগী ওইদে
নুংথিল খূদীং নঙদি নঙগী ওইদে
থব্রাযশিংগী ৱাকৎ পুদুনা নঙনা চৎলি
মযেক শেংদ্রিবা পল্লুংগী লম্বীদা।
তিংথৌ মতোন্দা পকপা লীক্লা
অযূক্কী নুংশা মঙান্দা নঙ ঙানখো,
অকনবা নুংশিৎ হুম্লক্কনি কিগনু
পিনৌবী অহীংনা ঈবিক পীগে ঙাইবি
মচু মচুগী নঙালগী মবীকশিংনা
চেল্লমখো পাউজেল থব্রায মচা মচাশিংগী।

# অহাঙবা

কবিমত্তসু হাযখিদবী নঙগী ব্রাহৈশিংদো
ঐনা চেকশিন্না খোৎচিলহৌই
অঙৌবা থস্মোযগী লামাযদা
লানা মযেক শেংনা।

লেঙদবা খোঙফম খুদা হকখিবা
কোকপা লৈত্রি নঙগী মযেকশিং
থব্রায তানা ইশিনহৌবদো
পুন্সিগী ফিবেপ মচু শঙলদুনা।

অদুনা লৈবি ঙসিসু
অমকপা যাওদ্রবা ব্রাহৈশিংদো
ঙৌবোক ঙৌনা থস্মোয শীনবা থুংনা
ইহাঙতা অদুম হাঙনা।

# চীং   কানীংবা

লোকচপ্তুগী ৱাংনা হাইগৎখ্রিবা নাপোমসে
মতোন তুম্না নৈচীল খেৎপা চীংদোনসে
মতা অমা ওইনা য়েংবদা কযা ফজ্জবা !

থৱায তাজবা পূক্লীংগী অচেংবা উদুনা
পামজবা ৱাখলনা মঙোন্দা লূপ্লি খঙদুনা
হেক্তা চিংশিল্লি মনাক্তা ঐবু লাক্লুনা ।

সিক-সিক্লুনা কাকই নাল্লবা চীংগী চীংচেপ
নাম্বুই হঞ্জিন-হঞ্জিন পাযদুনা যাঙ্গে ঊবী-ঊনা
ঊনসা খেৎনা ঈখেঙ শীম্থু' যৌই মতোন।

আঃ কয়াদা নুংঙাইবা চীংদোনবু যৌজবা
নুংশা ফূইনা হোঙ্গেদো অপেনববু ফংজবা,
অদুবু খঙহৌদে কাওথবকই মীৎনা কূপ্পদা
থবো মাল্লো ওন্না তাই শূপত্রেক্লা লোকথাদা !

হুম ! অসিমক্তা কবিগীনো কানীংলি চীং হেক হেক !

# ঈকায়বা খণ্ডদবগী

খোঙপাক্লা কম্থী থোক্লা কাওবকই
ঐগী থবাক্তা, নাকথংদা, ইমায়-ইমীৎতা
মতেক মতেক ব্রাম্থে তবঙদা তাউই
শোব থিংই, শিনীংচিত্তা খাঙই।

ঐনা য়াঞ্জে ইমাগী ফিজী পায়দুনা
মতম্বাক্তগী তাদনবা নপশিঞ্জে খা চীকুনা
অসুম্না ঈকাযবা খণ্ডমন্দবগী।

# নুংজাউগী মঙলান

নুং অসি চাউই
য়েংবদা অঙকপা ফাওই, অকিবা পোকই!

লাইগী মযাই চেনবা উই
মওং মতৌ অসিনা খূদম চাংদম উৎলি,
ওইগনি শোয়বোই
তশেংনা লাংওল্লকপা তাইবঙ মপুনা!

মান্নি অশেংবা লাইনিদা
ও! মমিংদি-
ইবুধৌ-অপোকপা, তাইবঙ-শেল্বা, তাইবঙ-মপু
মথং মথং

শেল চঙনা শাগৎলি লাইশঙ
শিৎ নান্না শেম্মী লাইমাঙ
কৎনৈ অথেনপোৎ চীংমুক ব্রাংনা পৈদুনা
ঙমজবা লূপা খাওজাউ হৈথদুনা।

থম্মোয়গা ব্রাবী শানজদুনা
কুমজা কুমওন নাইদনা
পূক্লীং চঙনা খুকম্লে।

হনুবা-হনুবী, নুপা-নুপী, পাখঙ-লৈশাবী
নীংজ-পামজ ফংনবা
য়াইফ-থৌনিবোল চৎথনৈ।

চীংলোন ফাওনা হুন্নকপা
শাথীবা মীবমগী নোং-নুংশিং মবক্তা
মখল-মথেল মচুগী নোংথাঙ কুপ্লকপদা
ইবুধৌবু ওলহল্লে বিষ্ণু, ব্রহ্মা, মহেশ্বব, গণেশ, হনুমান ।

মোমোন তৌনা মঙক নোমই নূঙজাউ
তাউথৈ নুংঙাই মঙলান্দা —
'লৌশিংজাউ কনাগী মীবোল অমুক থুংলবদা
লাইনীং খোঙচৎ মাযওন হোংলক্কুনা
অহাওবা মথেল লুকোযগা লোযননা
খোল্লগদবা কবি অনৌবা ইমিং অমা অমুক।'

# নোংলৈ নুংশিৎ

কদোমদগীনো খঙহৌদে নুংথিল পোবোপসিদবু
মুশুক মুনা মমশিল্লক্লে হাঙলম্না অতিযা
শীৎলক্লে নৈদুনা নমজা নমথেক হৈবা নুংশিৎ।

চোৎখিবা তাবে পোলাংখোক্কী কংলবা ফিশিং
পাখৎনা চেম্থোকচৈ শাবান হকপী খোইনৌদো
মখুৎনা ঙাকখৎচ' কোমথববা ফনেক ফিদোন।

মীহুৎথোঙ লাম্থোবকই শামু লমচাগী মীৎযেং অমা
মীৎকুপ্পা হাইজিল্লকপা কবম্বা নুংশিংকী থৌনানো
এঃ ননখ্রে নৌব' লফূ পাম্বী তুখবকপা উপালনা।

# মৌ অমসুং ওকপী

হাংলবা শাগী ককথংলবা মসা
থোং-থোং লাউবা শাদোঙ -
মথীক, মথা মফৈগন,
অচং-অওক্লা হেক্তা উববা
লম্বীমক্তা তাইননা ফম্বাক মথক্তা থেন্দুনা
শকহেন-শানোয মৃন্নুবীনা
য়োল্লি ঈ তপ তপ তানা।

মনাম তাবিবী শাবান্নি
নহা পূকচেল ফাবিবী,
মখূৎ-মশা ঈ তৈনা কক্লি ওক্লা
অকম-অযাং ওন্না তল্লি মথা,
নাউবোল অনীগী পীক্লিবা মচা
পোবি নুংশিনা মনমদা।

চাগোক অনীতগী নৌবিবী ওকপীদো
মচেৎ মচেৎ কক্লা খাইনা পুনখি,
মাগী পীক্লিবা মচাশিং
থিবি মচীঞ্জাক অমোৎপা মপৈ হোগাযদুনা
নৌবিবা মচীন্না নীন-নীন্দুনা
লাইবক্কী পম্বুং ফংনবা
নোংমা মমাগী লম্বীদা।

# ইচীন-ইনাও

মাতনা নীংবদুনা অবোইবনি খঞ্জদুনা
ইযাম্বনা হায় হিংলিবা ঐবু শিখ্রে
মুৎত্রি মমিদি মথম্মোয়দা তাবিবা মনাওগী।

ঐনা খল্লি অবোইবা ৱাবেপ লৌশিবা
হেক পোকমিন্নবা ইযাম্ববু শিখ্রে হাযনা
নুংতিগীদি উনবি থেংনবি ঙাঙনবি লৈমিন্নবি ।

মাগী শিংলীদা চেল্লিবা অঙাংবা ঈ
ঐঙোন্দসু চেল্লি শিংলী শীনবা থুংনা
অপোকপা অপোকপী ঈহৌফমদি অমত্তনি ।

# ফিজেৎ

লশিংদগী
মশিং পানবা পাম্বীশিংদগী
মোনমোন লাউবা শাগী মতুশিংদগী
য়াম্না হৈ হায়বা খঙই মীওইবা নঙ
লং নাইদুনা ফজ-ফজববা ফিজেৎ কয়া শাবা
শেৎন-ইন্নবা লৈতেংনবা।

নাপল কানা মনীং তম্না অতিযাদা ঙাল্লিবা
মশেক-মঙাল শাবান-শক্তম্না তাইবঙ শুন্দাৎলিবা
নুমিৎ থা মশীং নাইদ্রবা থব্রানশিং
লোৎলুবদি য়াই মখোয় ঙাইহাক অমংবা নোংলক্তা
অদুবু যাঃ লাউনা কেকু হেক্তা ফোঙলকই
অমুক্তং হুমদোকখিবদা হাঙনা পুমকোক কোক্রা ।

মখোয়গী ইকাযববু ঙাকপিগে খন্
অসুক তগুপ-তবেং কল্লক-মিহৌববা শাবানশিং
কবম্না ফিজেৎ লৈতেংবিকনি
কবম্নবু মকে শেম্বীকনি
নঙনা ফনা হোৎনদুনসু!

# কৃশ্মৈগী মায়ওন

ব্রাহ্ং ওইনা হংখিবনি
শৈবেংগী খুখাংদা
পাউজেল ওই কবি ওই
অশৈবা নহা অমনা -
"ইনাৎ যোক্লিবনি হায়দুনা
মীবক তিনবা যাগদ্রা ঐবু
ইপুবোক্কী মতৌ তমদুনা খূদৈ শেৎলগা?'

ওন্থোক্রা থৌনা ফখিদা
হাক্লা লিংজেল নৈখিদা
খূৎলায় অফবা পায়বা যেক্রবগী মাযোক্তা
থাঙশাংতমক পাযদুনা চোংশিনখিবা'

নঙনা কৎখি থব্রায
লাঞ্জব্রবশিংগী শিংলীদা ঈচেল লেপ্তুনবা,
অদুনা
নৈ পবেংসে
নঙগী মিতম ঙকশমদা নত্তনা
কনাগীদবু হুক্লুগদগে ঐখোয়না"

ঙসিদি
মীযাম যাইফনবগী মিংদা
অশোনববু নেৎপদা ময়াই কাববা
নুপীগী ইকায়খুম্নববু খোঙগাওনবদা হালেংদবা
মীনুংশি নৈতনা থব্রাযবু পিখম্নহনবশিং
মখোয় মবায় হাইগৎলক্লে অতিয়া পক্লা।

মীৎনা উদবা লাল অমদি কন্না শোক্লবি
মচাশিংনা মমা-মপাগী মায়োক্তবা
মমা-মপানা মচাশিংগী মায়োক্তবা,
অচুম্বনা অবানবগী মায়েক্তবা
অচুম্বনা অচুম্বগী মায়োক্তবা
অবানবনা অবানবগী মায়োক্তবা ।

অশোনবশিংগী শিংলীদা চেঞ্জবিবা
অঙাঙবা থৱাযগী ঈবী থকপদি
নঙ পামখিদমাল্লে।

লালবু কৃম্মৈনি খল্লবদি
হোংদবা যাববোই ঙসিমক
কৃম্মৈগী মাযওন অমদি খোঙচৎ।

মপৃক্লীংগী অপাম্ববু
মখৃৎনা ফংনা তাপ-তাপ লাক্লিবা
মথম্মোযদগী মীনুংশি ঈবীক্তি
ঙম্মমক মনিল ওইনা পাইথ্রবা,
মাযথোঙদা তাখিবা মমিদি
সুপ্লতগী কৃম্মৈগী।

ডিসেম্বরনা শাইওল্লকপা
জুলাই থাগী অতিযা শেংবা নুমিৎ অমা
নুপীগী থৌনানা ঈহৌবকপা পৃংজাদা
নঙগী লিংজেল লৈবী নমোমশিং
মশম-মনা ইফা-ফানা থাদোক
মফি-মবোল ইহাঙ-হাঙনা থোক
মদুনা লানঙম খৃৎলায় ওই

শোক্রুখি লাল
ইকায়বা খঙখিদে
অকিবা য়াওখিদে
হনবা লৈখিদে
খোম্থাংনা নিনখি লৈথক-লৈখা।

ডিসেম্বর তবানিথোইগীদমক
মীৎকূপ নাহুম চেকশিন্না পাউতাক্লম্বা নুপা
তাবিগনি পাউসে শোযদনা নহাক
শবা শনখ্রবনি মালেম থুংনা।

মশম চেৎনা পুলহন্নীংখিবা
খ্বাংশেৎ চেৎনা লাকহন্নীংখিবা
থৌনা ফবী নঙগী লাইবেপ্পীশিংদো
খঙদে মখোয মোমোন নোক্লিদ্রা
নৎত্রগা মমায় থুন্নিদ্রা।

# অহোবা

নোংমৈ পায়বা মখোয়
মখুম খুল্বা গাড়ীদা তোংদুনা চৎলি
কাপ্লকপা নোংমৈ মক্ত চঙদনবা।

খুৎলায় য়াওজদবা নুপী অঙাংশিং
ইহাঙ হাঙবা লম্বীদা মখোঙনা চৎলি
মনমদা ফিবোল অনীতসু শেৎচদনা।

লৈঙাক চৎনবোলনা কুংনা খাজীল্লবসু
কদাযদনো অমদি হোবি,
কনবিগদবশিংনা খূবক হাঙদনা লেপ্লবসু
কবিগী অশোনবশিং মিহুল চেনগানবিবা।

# লোকচপ

কা হেন্না ৱাংদ্রং ৱাংবা
অতিয়া থেংবা চীংদোন অনীগী তাইনফমদি
লৈফম থোকই অকবা লোকচপ।

মীৎতি থকনি উকবা কনাগী
চোংগনি মিহুল য়েংথকবা থোক্লবা
পূক্লীংবু চিংবাময়াই চেল্লিবা
পোনবোন্না ঙম্লবা লোকচপকী অকবদো।

অদুবু —
খৌশাবিবগে ঐখোয় কনানবু
খোঙথ্যাং অমত্তং শোয়খিদুনা
খূজিল খূৎনাম্থোক্তগী ওন্থ্রবদি
লৈবিবদু পুন্সিগী শাথীনা লুপ্লবা কোম অমনি
অমুক্তং তাবদা লোইববা।

## মীগা শাগা

মীবক্তগী মী খবনা
হাইজিন্দুনা ফাওজিন্দুনা সুক্কবা চীংজাউ উমংদা
য়াওই হাৎপা শাহিং চাবা শাশিংবু
অদুবু থিংই মীনা শেম্বা চৎন-পথাবনা।

শাবক্তগী শা খবনা
হাইদোক্কুনা ফাওদোক্কুনা হাঙলবা লম্বী লমজাউদা
য়াওই হাৎপা তাঞ্জা ফংবদা মীশিংবু
অদুবু থিংদে শানা শেম্বা চৎন-পথাবনা।

## উৎকী য়েন্নীং

কনানসু হায়কন্দনা মতোমতা তাজথ্রগদবা নুমিৎপু
কবিগী ঈস্থকনি থৌনা ফৃদোক্তুনা তহা-তহানা,
নাকোঙ য়ৈশিল্লবা লোম্থোক্তবা খোঞ্জেলগী ৱাকৎ তাদুনা
কয়াদা ৱাবিবা ঐখোয় শাংলবা অহীংসে খাঙবদা!

মহূ পুবা মতমগী শাথীবা অমম্বা পুম্নমক
চৈজা নম্বোনববা লাঞ্জদ্রবা থৱায় কয়াবু চিংথুবিবগা
চাকথেকখ্রে ঙম্লা চীক্লা থেঙলবা অহীংগী মতমসিদা।

ঙসিদি, অয়ুক্কী নুংশা মঙালসিদা উবে ইঙৌ ঙৌনা
লোথববা উৎকী মপৈশিংদগী থৌনা লৈনা লিংখৎলক্লিবা
মপা ওইজদ্রিবা শক্ক পোলাংগী হাঙলবা মঙকশিং।

ঈখৌ লাংনা ঙাইজবিবা তনৌ-তনৌববী খুৎশাশিংনা
হুকচবদি তাবি তৎত্রিবা অকংবা কুন্দো পবেংশিং,
মালেম মালহৌহনবা ঙম্বা মযোলশিং চোংলক্লবা
অশং-অমাম্তনা থল্লবা তাইবঙ অমগী মঙলান্দা।

# ইমা অমা

নুপী ঈহৌগী লুচিংবী
মায়থোঙদু চাক্লিবা লাম্মৈগী শকফম্লি,
য়েংথোবকপা মীৎয়েংনা
কাপখৎলকপা মৈগী চীংগী লাভানি।

মাতগী ঈৱাই ঈনিন্না
মায়কৈ খোঙ্খাং য়ৈবি –
'নুপীবু ওৎপিবা য়াবোই
য়াবোই মখোয়বু নৈথেকপা ,
নুপীবু শান্নবা য়াবোই
য়াবোই মখোয়বু শান্নপোৎকুম য়েংবিবা ,
চাথোকপা য়াবোই নুপীগী শাদোঙ
থক্তোকপা য়াবোই নুপীগী ঈখেঙ
য়াবোই মখোয়বু হুন্দোকপা লৃখাককোমদা ,
মচীন থোই
শাফৃ কল্লি
লেপ্পাইদে।

নুপীগী পাঙ্গলবু থাংগৎপদা
হনবা লৈতবী ইমাদো,
নুপীগী ফিদমবু য়োকখৎপদা
অৱাবা খঙদবী ইমাদো,
তফিং তফিং চেল্লকই
মমীৎ মনা তথক তথক
চাবোকশঙ তম্না হোস্পিটালগী
মমৌনা মসৃ উনফমদা।

'নুপীবা নুপাবা?' হংই তহা তহানা
*'নুপানি'* খুমই মমৌনা মোমোন নোক্রা।

'ঐগী ইসু,
ইসু নুপা ফংলবা'
নুংঙাইবে
ইখূৎনা ফংলে অতিয়া লাম্বা!'

নুপী ঈহৌগী লুচিংবী
হবাওবনা লুতোন শাংখবে।

# পরীং পথাব (২)

খুঙ্গংগী নুপা অমা লাকই
শহবগী নাল্লবা লৈকায় অমদা
শক্তম ফিজেৎ খুঙ্গংমক্কীনি
(নুপা অসি ঐনি)।

ঙক্লা য়েংজৈ মানা -
শিৎ নানবা লম্বী
মীৎ থক্লা লংলবা
চেক নূংনা শাবা মখোন ৱাংলবা য়ূমশিং
লৈবিবা চাওখৎপগী মতৌ চেনবা মীশিং
ফজবা ফিজেৎ শেৎপশিং
অফবা চীঞ্জাক চাবশিং
অৱাংবা ৱাখল থনবশিং।
মাগী মবূক্লীংদা ফাওজৈ -
'য়াইফবা মীওইবৈ মপোক হায়বদু
মশ্বাইসি মঙায়দনা,
ফিদম্লফম হায়বা পুক্সিদু
মখোয়গীসি মঙায়দনা।'
মানা খঞ্জে -
'মহে মশিং চঙখোন্না হৈববা
ৱাখল লৌশিং মপুং ফানা তাশিল্লবা
ওইবম্লিকো মীওই ঙাক্তা লৈবিবসে,
চহী নৌবিবা নহা অমনসু
খুঙ্গংগী অহল অমদগী য়াম্না হেল্লমনিকো।'
পাঙ্গল থেক্লা কন্না নোম্বশিং
লৈবাক লৈতঙ্গায় ৱানা তৌবশিং

হমাং ঈবীক্রা ঈকবশিং
খুঙ্গংদদি লৈহৌই লৈকায় খূদীং
মশক মচু থোক্তবশিং
অফ-নুংঙাই, লন-থুম্লা তাথীবিববা।

অদুগা মফমসিদা কনাসু ইউ উদে
নুংশাদা থোক্তুনা সুবা নোম্বা,
উকমদতা ঙম্লা পোত্থানৈ
হমাং মশক খঙদবনা নম্মী
অদুবু লন-থুম অকে-অমৌদি
মখোয়গী মখোঙদা তা-তুদুনা লৈবি
ওন্না-থোইনা চঙজবি
খূযা খাগী মনাইগুম।

মখূৎনা সুবা লোইফাৎত্রিবঙে
চাকথাউনা হান্না ঙাইবশিং,
চাবগী মখূৎ কংদ্রিবঙে
থবক্রা লাক্তুনা চিংবশিং,
খুঙ্গংগী পুন্সিদা পোক্লকবঙে
মখোযনি মাগী মকপশিং।

য়ূমসু নিংথৌনা ফংখিদবা
সুমাঙ মাঙ্গোল ঈঙ্গ্রি শিৎপা
উফূল লৈবীক পত্তবা
অমোনবা ফম্মেন লীফক্তা
ফন্নি নুপা মশা নানবা।

খূগ্রাং-খোঙউপ লাপ্লা থম
হঙ্গোয় কিনা চঙশিঞ্জে
খুকম খাজং চেকশিন্না।

কালেন লৈতূম তকখাযনা
চীংজিন লৈখোম লৈওন্না
পোইনু থৌদাং থেক্লা সু
থিনখি মাগী মপা মপুনা
ফৌবেন ফৌদুম চংলৈ চাকহাউ
শহবগী চাকথুমদা থোংদুনা
চাখিবনি মাগী মপা মপুশিংনা।

পথাব কায়দে চথবি—
ব্রানা সুবা মহাক
ব্রাজৈ অদুম ব্রাজবি,
নুংঙাইনা হিংবা মহাক
নুংঙাইনা অদুম মহিংই।

হকচাং তংখায় ওইবিবী মাবু
শিবগী পনখৈদগী কন্নবা
হংজকবনি শেলগী ব্রা
হিংমিন্নবগী ব্রাখল পবীংদা।

খুম্বিবকখি—
'শেলগী ব্রাখলতবু খল্লবদি
পূক্লীংদি ঈংবা লৈববোই
মাবু থাদোক্লবা হোৎনবিয়ু
পুক্সিদু শোয়দনা নুংঙাইনি
অমুত্তংদি লাক্লদুনা য়েংবিয়ু!'

নোংমৈদি নত্তে কাপ্লকখিবা
থম্মোয়দি ফাওদ্রিৎ ফাওখি!

# লেগকং

চাউববা পুম্ব্রিনি —
ঈকং থোকপা চহী ফনা ওইদুনসু
কুম চুপ্পা অমুক্তা কংদ্রবা,
মমায় চোন্না থল্লবা ঈশিংনা
ফিবান নীক নীক লাউবিবা।

অদুবু ঈশিংমক্তা তাইননা হৌবিবা উপালদু
কুইবে ময়োল মনা যেন্নীং হুনখিদবা
নোংমা-নোংমগী তেক্তুনা তাম্ব্রি অপীকপা মশাশিং
কোক্কে মউ-মশা-মবেং লোইনা
যাম্লক্কে চহী ফনা লেপকং ওইনা যুংলকপা।

অযূক অঙনবদনা
নাশোন পীক্লা উতোন্দা তোংলি ঙাবাকপীনা
পুম্ব্রিগী ঈমায়দা চাখৎলকপা ঙা ফাননবা
মীৎকূপ শিংনা ঙাইবি অচেঙবা তাঞ্জা মপূক্কীদমক।

নুংথিল পোবোপ্তুনা
কীন্থুখ্রবা নৈবায়দা থিন্দোক্লিবা মবাদা নেৎতুনা চোংথনবি
কালেন নুংশা খাঙনবা ঈকবিবা কোগোকপা অঙাংশিংনা।

নুমিদাংদনা কবিগুম্বদসু
পোত্থাবে লাপ্পা পাইবকপা মকু শেকপীশিংনা।

ঙামথবিবা কংল' উশাগী উকা অমদা
কবম্বা খঙঙমদ্রবা তাঞ্জাদবু মৰূ ঈহুল তন্নিগবা

মীৎমাঙদা ফাওবক্লে মনা অপিখক অনীদং,
মখাবোমদনা
নাবিমুক্তং পীকপা মবা অমা চোমথবক্লি অৱাংবদগী
লীৎথবক্লি চাউববা পুক্সিগী মঙলান পুবদুনা
বিন্দু অমত্তং ফংননবা মালেম নৈশাদা।

থদংলগে মতাগুম মখূৎ লাম্ল-লাম্লদুনা
অমগী মথংদা অমা লেং খায়বদুনা
চোংথবি ঈশিংদা অঙাংশিংনা জম জম
কনানসু থিংবা ঙমদে মখোয়বু
মমা মপাগী মীৎমাঙদা থম্মোয়গী মণি মতূম
নুতিগী মপাঙ্গল চাউখৎলক্লি থবীগুম্না হুম হুম
অমবোমদনা লেপ্পা নৈতে নোংমা নোংমগী
অশীংনবা মতানি পাম্বীগী মঙলান উবাসু
শাংথনা অসুম লেপ্তুনা চোমথবক্লি জব জব

শোয়দনা লাম্বা ফংখিবা তাবে মখূৎনা
পাম্বী উজাউ অমগী মঙলান।

ঈশঃ হয়েংদি কবি থোক্লগবা

# ঙাইহাক্তংদি

মীচমগী থম্মোয় শেগ্যাক শেগায়দুনা
নবক ওন্থোকপদা মালেমসিবু নুমিৎ খূদীং
কা হেন্না মায় পাক্লিবা তৌওম্বা ...

তগৎ তগৎ তেক্লিবা কনাগী হকচাংবু
তঙাং তঙাংবা ঈতনা শেংনা ঈকজবিবগা
লাইবৈবাক লমদমদা থাবিবা ঙন্নিবা

চন্নবা কনাগী চীনবাল অমত্তং ওইববসু
ঙাইহাক্তং মোমোন নোকহনবা ঙন্নবদি
মসিতনি ঐনা খঞ্জবিবা মীৎকূপ খূদীং।

## মতমসে

শি ত্.
শি ত্
হৌজিকসে'
ব্রা লাউনা ঙাঙবা য়াবা নত্তে
তাবদা মতম থীহুমল্লে হায়দুনা
য়াম্না কুইবে লৌথোকখিবা
ফল্লাংদা থেংলম্বা নিংথৌগী মনাদো।

যেংউনে
টেক্নোলোজী অনৌবা যাম্না লাকখ্রে
ইন্নবক্লি কয়া অমসু লেপ্পা লৈতনা
উহন্নীংদবা ঙাক উবা নিংথৌগী মীৎশিং
তাহন্নীংদবা ঙাক তাবা নিংথৌগী নাকোংশিং
সেন্সিটিভিটি অঙকপা ফংনা ব্রাংলবা কয়া
ঙাঙলিবা মশানা সুকখঙ খঙদনা
মশীং লাকঙমদনা নপখ্রে চীনবাল খুদীংদা।

নোংমদা শোব কয়াবক হোল্লি
তুম্বদা নুংঙাইনা নাখোকপবা
কনানা কনাদা কবম্বা চিবোল
রেকোর্ড ঙাক্তনি মীৎকুপ খুদীং।
হেক লাকপদা চিংনবা তাঞ্জা
খঙনীংবা মতম অমদা হেক্তা
প্লে তৌদুনা তাবা অমদি য়েংবা য়াই
তশেং তশেংবা খোঞ্জেল
তুখোঙ উবা শক্তম.
মতমসে।

# নচাগী কূম্মৈ

লৈহাও লৈবা লমদমদা
মহৌ মকা ফনা লেঙ-লেঙ হৌজৈ নাপীনা।

নাপীনা ফবা লমদমদা
চেন-চোংনা হবাওনা চাক্তাজৈ শজী শঙাইনা।

শজী শঙাইনা লৈবা লমদমদা
মবূক থন্নজৈ ফাদুনা চাজবগা নোংশা কৈনা।

নোংশা কৈনা হিংজবা লমদমদা
মখুত্তা খুৎলায় পাযদুনা শাবু তাঞ্জৈ মীওইবনা।

ঈং তপ্লবী মালেম ইমা'
থল্লায তানা য়েংলিববা নচাশিংগী কূম্মৈ?

## নম্বুল নঙগী কবোকঙ

লেপ্লাইদবা ঈচেলনা নচৎ ওইবী নঙগী নখৌনি
থরায়বু খৌবাংবা কোক্লবা হিংনয়াই ঈবীক পীবিবী
অমম অঙাল মীৎকূপ অমত্তা পোখাদনা চেম্ফবিবী
অমকপা মচেৎ য়াওদনা তক-তশেংই নঙগী পূকচেল
হে নম্বুল! লোইনাইদনা কখোকপসিতবা নঙগী থৌগাই?

অমোৎ-অকায় অমাং-অশোই কয়া লংশিল্লকপদা
নঙনবু য়ানীংদবা নতৌ কৈদৌঙৈ উৎখিবা নৈবগে?
মোৎশিলহল্লবসু নঙগী নতম্বাক নথানুংসে
মাংশিনবিববসু নীংথিবী নঙগী মায়থোঙমক্তদা
নঙদি মোমোন্দুম নোক্কুনা নৈখিবা নৎত্রা?

নথানুংদা তূংলিবা অমোৎপগী নৈহাওবু চাদুনা
মহৌ মকা ফনা হৌগৎলক্লে মতমগী পাম্বী কয়া,
য়েংউনে! শাহৌ চাউবৈ কল্লবা কবোকং ময়ামসে
খূবক হাঙখিদ্রে কূক-কূক ঈমায় থনস্ত্রে ঙসিদি
নুংশিববা নপাবি নমোমগুম নঙনদি লুনা তৌজবিবা
ফোয়দৎ থদৎতুনা হুন্দোক্লগা ঙম্লা কংহনবা তাববদা
পিবাং শিম্বনা কপকদৌবিত্রা পূক্তম্লী হে নম্বুল?

# মচেৎ মচেৎ মপুম মপুম

মচেৎ মচেৎ
মতৎ মতৎ
মতেক মতেক
মকায মকায
নাকোঙনা ওম্বোক্লা তানীংদবা ব্রাহৈশিংনি।

মপূম অমা কৃপ্লা যেংশিল্লুবদদি
নপশিন শমজিন্দুনা শাবা হেক্তা ওইবস্মী
মচেৎ মকায়
মতৎ মতা খবনা
নংত্রেগা
মযাম অমনা।

পোৎশক অমগী ফজবা
মমল নাইদ্রবা কান্নবা
মচেৎ মতৎ মকায মকূপ পূনশিন্দুনা
মওং চুম্না চেৎনা শমজিন্নবদা লৈবন্নে।

শাবকই পোৎশক অমা
মতা চানা চানা পানশিন্নদুনা
উচন চেৎনা চেৎনা চনশিন্নদুনা
মশা তপ তপ নপশিন্নদুনা
অদুগা
মপূমগী মশক লৌবকই
মযাই চেল্লকই লাইগী ওইবা।

# মনতিক্কবা

শাথীনা তৃক্কচৈ মখোয়না
লাইনা শাবিবা নওগী নশক্তো
হাক্কজৈ উবদা মশা শীনবা থুংনা
মবেঙ মবেঙ চৎলি।

পোক্কববনিনা নঙসু
হিংদবা যাদেদো তাইবঙদা
চীক্কুই নঙনা পূক লাম্বগী লাঞ্জঙদা
লৈশক লৈচু হেল্লবী
লৈনম চাউববী লৈবাংগী
থোৎনা নৌববী লৈকাদা
সুপ্রতগী চবা অমত্তং নোংখন্নবা।

মৈবৌ চেগপ অবীংবনা
ঙকথী চপ্পুনা ফাদোকপি
খোঙপাক্কা তাদুনা হাত্তোকপি
অদুগা উৎলি মীনুংশি লৈবাংদা
মাগী থম্মোয় চাউবা মতৌদো।

লাইওইখ্রবা হে তীল্লাইখোম্বী!
য়েংলকউনে লাইবৈবাক্তগী অমুক্তং
ওইজ' থিবা রাখলনা লাকহৎ
লৈপালদা হাই হুম্না শাৎচবিদো
হেক্তোকপি লৈখোক্তে পৎ থৎতুনা
কৎলিনে তাইবঙ মপুগী খূয়াদা
মনতীক্রে পূক্রীংগী অপাম্বগা।

# ৱাশক ঙাকপা

শকখিবা ৱাশক ঙাকপা ঙম্বদা
লৈবে হায়নৈ পুন্সিগী মমল।

থুগায়গে হায়বা ৱাশক্কা লোয়ননা
শকখিবনি ৱাশকসে নোংমা ঐনা।

ঙমজবে ঙসিদি ৱাশকসে থুগায়বা
কৌবোইদ্রা মসিবু ৱাশক ঙাকপা?

# নুপা

শাফবা নহা অমনা
চোংশিন্দুনা কাওই মখোঙপাক্রা
কম্ঘী থোক্রা অবোইবী থাদুনা
হেক অপোকপা মপামক্কী মথবাক্তা!

ৱাম্বুদুনা তাই
ফিভম চাদনা শোল্লবা মপা,
হাথবকই ঈ মচীন্দা
কায়ববা মথম্মোয়দগী লেপত্রবা ঈফূৎকুম!

পেঞ্জববী মমাদো
খেক্রা মোমোন নোক্লদুনা
মচীন্দগী য়াইফবোল পূম্বা হৈথবকই
নুংশিনা নাম্থবিবদুনা মচাগী মকোক্তা।

মমাগী মখোঙ শোক্রা খুকল্লগা
চৎখি মশোঙ ৱাংনা ফনগৎলদুনা
চুমদ্রিং মায়ওন কায়দনা
মমানা খিল্লিবা খূদোনবী মতোন্দা।

নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা
উকম্বদা চান্নবী নুপীগী পিবাং
তাকম্বদা থম্মোয় শোক্লবা শানৌগী ৱাকৎ
মৈবুল থোক্লবা মীৎযেংগা লোয়ননা
তমখীবা হিংচাবগী শক্তম লৌ
চোংশিন্দুনা নেৎখ্রে,
লৈমায়দা শম্লাং চোইজাইনখ্রে
লাইনি নীংজবম্বী মমাদো!

# গধা, হূই অমসুং মপু

বুংঙো- মপুনা গধাবু ফূবিবা কবিগীনো?

বুবোক- নুংঙাইনা তূম্বা থুগায়বগীনি।

বুংঙো- গধানা খোংলিবা কবিগীনো?

বুবোক- হূইনা হূবানবদা খোংদবগীনি,
মপুবুদি মানা খওহনবা পাম্মী।

বুংঙো- হূইনা খোংদ্রিবনা কবিগীনো?

বুবোক- মপুনা মাবু মবূক থন্না পীজদে।

বুংঙো- পুপু' ঐ খঙলে
মপুসে অশেংবা গধানি।

## শজিবু নোংলৈ শজিবু লৈরাং

হে শজিবু নোংলৈ!
নঙগী নপাঙ্গলসিবু
উপাল ৱাপাল থুদেকপবা
য়ূম-কৈ হুমদেকপবা?
নঙনা পেন্না নুংঙাইজবসিবু
উশাথক্তা শাজবা মকোল হুমদোকপিবদা
মক্মমদগী ওনবতা ঙাযবিবা নুংশিবা মচা যাওখ্রবা
উচেক মপীগী অৱাবা যেংববা?
লৈত-লাযব' অনংবশিংগী শোল্লবা খাংপোকশিংবু
থুদেক্লুনা কোয়চাই চাইখাযবিবগা
মকোক্তা মখূৎ হাপ্লুনা
চীনবাল কংলবা থৱাযশিং
মখোয়গী মতৌ যেংববু
কবম্না নঙগী নুংঙাইবা কূম্মেনো
কযামুক য়াম্না পেনবগে?
শাৎলকপদা ঙাযবিবা নৌবিবী লৈবাংগী লৈকাশিং
মতৎ মতৎ থদক্লুনা লৈমায়দা চোইনা তাহল্লগা
নঙগী পূক্লীং কযাম মকা লাম্বগে
নঙগী থম্মোয় কযাম হবাও মথোই কাবগে?

শজিবু নোংলৈ!
নঙনা অসুক শাথীবিবা
নঙনা অসুক তমথীবিবা
নঙনা অসুক থম্মোয় পান্দ্রিবা
কবম্না অবোনবা পম্ভুংগীনো?

শজিবু লৈবাং নীংথিবী —
কোম্নীবৈ, কুসুমলৈ, লৈবী, কাক্রে, মুকাক্রে, খোঙগুম্মেলৈ,
চীংগ্রাওলৈ, লৈবাক্রে.

তম্পাক লৈকোল ঙান্নলৈ
চীংমায় লৈকোল লৈতেংলৈ
উবে ফজে নখোয়গী লৈশক
খঙই নুংশি নখোয়গী লৈনম
অদুবুনে
কবিবু কান্নবগে ফজবা নশক্রা
কবিবু তৌনবগে নুংশিবা লৈনম্না
কংহনবা ঙমদ্রবদা মীৎলূ খূদীংদা শিন্থবা পিবাং
মুখৎপা ঙমদ্রবদা থম্মোয় খূদীংদা চাক্লিবা লম্মৈ!

হে পোক্রফম ইমা!
নঙগী লৈহাওদা হৌজবা লৈপালদনিনে
শাৎচবিবসে শজিবুগী লৈবাংশিংনা হাইনা হুম্না,
নঙগী লৈমায়দা শীৎলিবা শজিবুগী নুংশিৎনা
অসুক মীনুংশি লৈতনা হুমদুনা
কবিগীনো লৈনা লৈকা চোইনা নৈথেক্লিবা?

মালংবা মানা
নামিবা নুংশিৎকী শক্তম লৌদুনা
হুন্নবদি অয়ূক নুংথিল নুমিদাং
ঈংনা তপ্পা লিবি লিবি,
নঙগী লৈশক লৈচু লৈনম হেনবী লৈবাংশিংসে
লেপ্পা কৌবা লৈবোইদো
হবাও মোমোন্না জগোয়গী খূখেক তমজবা।

শজিবু নোংহৌদা শাৎচবী
অখাঙ কনবী লৈবাক্রে!

কবিগী তাবম্বনো খোঙউপ বূটকী খোঙ্গূল
মালেম লৈপক্রববা থোৎল' নঙগী লৈনাদা?

হায়য়ু শক্তিবু লৈবাং কোম্বিবৈ'
অয়ূকী শেংল' লীক্লাগী মহুত্তা
নঙগী নৌব' লৈনাদা
কবিগী পক্লম্বনো ঈখেঙ মবীক?
নুংশিবা লৈনমগী মহুত্তা
নঙগী থোৎল' লৈয়োন্দগী
কবিগী ফাওবকপনো ঈহিং মনম ?

পোক্লফম ইমা!
নতস্বাক্কী কূশ্মেসে
নঙবু থবায় তাবিব্রা?

কনাগী শেম শাববা য়াইফ পাউজেলনা
চীনবাল কয়ানো মোমোন নোকহনগদৌবিবা?

কনাগী মীনুংশি চেনবা খূৎশানা
মীৎলু কয়ানো পিবাং তৈথোকপিগদৌবিবা?

পোক্লফম ইমা!
নতস্বাক্কী কূশ্মেসে
নঙবু থবায় তাবিব্রা ?

# চৎনলোন কাওদুনা শান্নবা

নমদুনা লানহনবিবদগী
ঐ য়াম্না লানখ্রে
লাল্লোই হায়বা ঙমখিদ্রে।
চৈবাক শুনা ফংজগে
ফংফম থোকপা ইবালগী,
থবায় তানা লৌজগে শিবগী চৈবাক
অচুম্বা রায়েলনা পীবকপা
অমত্তং ওইববসু।

চৎনা কাঙলোনগী মনাইনি ঐখোয়
নখৃত্তা পায়বিবা নঙসু
মহয় নৎত্রগা চৈবাক ফংলিবা ঐসু।

রা অমত্তংদি হায়জহৌগে
চৎন-কাঙলোন হায়বদো
লৈবাক অসিদদি
মীৎনা উনা নুংথিল পোবোপ্তা
খোঙপাক্রা কাওখায়খ্রবনি
উফুল-রাইফুল লৈখোম-লৈনাংদা চাইখ্রবনি
অমোৎপা মকুপ লৈবীকশিংদু
রায়েল পুবেলদসু তৈখ্রবনি।

থরায় য়াওনা পঙলাউ লাউবগা
অখঙবা অহৈবা শাদুনা
ঙাকপদি ঙমদনা পঙশি শীজিন্নবত্রা
পূমতৈ তৈদুনা পুম্মোৎ মোৎলনিদো'

অদুনা
মীনা শেম্বা তোক্লসি
মীনা ইনবা বানবে
অমুক্তদি য়েংসি কায়দবদো মহৌশাগী।

উইদনা ঐখোয়
নুমিৎ, থা, থবানমিচাক্না শীজিন্নবা
খোঙচৎকী চৎন-কাওলোন্দো
তশেং তশেংবা
তক তক বা।

# অশৈ খৃখাথোইবা

হে অশৈ খৃখাথোইবা!
কবি পাউবু তমসিগে নঙগী নফমদা!
নঙনা য়েক্লম্বা খোর্জে মমিনদি
লীবি অরা নুংঙাই রাবী কয়া লোম্নাইদনা
থম্মোয় লীশীং লীশীংবু খৃৎশম্লনা পুবিবি
নুংশি চান্নবগী শাংল' লম্বীদা
খোঙলৌ পল্লৌদনা।

য়েংবিয়ু!
নহা মতম লান্দ্রিবী মমা
নৌনা লৈশাৎ তমজবকপী মমোম
মবাযবক্তা নুংঙাই যাইফ য়েক্লমদ্রবী
রানা পুন্সি খোঙকাপ কাঞ্জবী,
কংস চাম্মগী থম্মোয পানবশিংনা
কয়াদা তমথীনা শাবাক তম্বিখ্রবা!

মসিবু
তাইবঙদা কবি পাউজেল পীনবা
কনানা শান্নবা কৃম্মেনো?
হে অশৈ খৃখাথোইবা! পায়খৎপিবো নঙগী খোর্জে।

ঐখোয়বু কনানা ঙাকই
হংহৈদববা রাহংসে?
পেল্লসিবা ঐখোয় লৈঙাক মপু মাবু?
পেল্লিদবা ঐখোয়বুসু লৈঙাক মপু মানা?
ঐনা মাবু শেনববা?

মানা ঐবু কোনবরা?
নংত্রেগা শকউদবা অমনা
অমুক্তা উগে ফংদবা মহাক্তুনা
লোন্না শান্নবা কুশ্মেবা?
ঈখেঙসু পিবাংসু ওন্নমক
মাগী খুৎশেম ঙাক্তরা?

পাউসে তাবিরবা নংত্রা
মতমসিবু য়ৌবক্লব্রো
খাংঙেনফম হায়বসিবু কয়া লাপ্লিগবা!
লাঞ্জদবশিংগী থম্মোয়গী মিহুলসে
লবাই লুতোন লান্দ্রিঙৈ
হে অশৈ খুখাথোইবা! অমুক্তা পায়খৎপিবো নঙগী খোর্জৈ।

মালেম লৈকল তেমশীংনবী
অখাঙকনবী মিংথোনবী
ফৃগায়না লৈশাৎ তমদ্রিঙৈ
শজিবু নোংলৈনা নৈহৎলবী
লৈনম চাউবী লৈবাক্লেগী
চোংখৎচবক্লিবী নৌব' লৈয়োলসে
মীনুংশি চেন্দ্রবা মখোঙনা নেৎত্রিঙৈ
লৈনাসিতদি চেকশিন্না ঙাকপিয়ু
কনবিয়ু ঈবমদম লৈকোলগী নীংথিবা শক্তম।
হে অশৈ খুখাথোইবা! অমুক্তা পায়খৎপিবো নঙগী খোর্জৈ।

নামিবা নুংশিংনা হুন্নকপদা
ওল্লাং মৈশা ঈংহনবগুম
নঙগী খোয়থুম-নুংশি ব্রাহৈনা
মুখৎপিববো থম্মোয় খোল্লা চাক্লিবা লম্মৈ,
চোংহনবিবো য়েন্নীং
মতম চুপ্পগী শংনা নৌনা লৈবগদবা।

পোম্‌সন্‌ লৈপালগী লৈকা খূদীং
শাংসন্‌ লৈবাংতনা লৈকোল থন্না
য়েনসন্‌ নুংশিবা লৈনম চাওখংপা মপোক খণ্ডজনবা।

হে অশৈ খূখাথোইবা' অমুক্তা পায়খংপিবো নঙগী খোর্জে।

# চৎনবিবা চৎনবী

ফজনা মপাল যুগায়না শাৎচববসু
মহয়দি তমথীবা হূগী মশক্তি
খৌশিল লূদবনা পানবা লমসিদা
সুনীংদবা কৌবা পাম্বীসে।

অসুম ইকায়বা খঙনবক্তবনা
চৎনবী মবা তাশিনখিবা কুইবে
নোংমা নোংমগী ময়েক শেংবা হেল্লক্রে
যেকশিল্লক্রে ৱাচুম (Dictionary)গী অনৌবা লমাযদা-
হিংলিবনি হায়দনা লৈবিবশিংসে
অশিবা ঙাক্তা ওইবল্লে,
কনবিবিবনি হাযদুনা লাঙনবিবশিংসে
হাৎনবা খুৎ থানবা ওইবল্লে।

মীগী ঈ শুল্লগা মবূক পেল্লা থকচবা
যূমথংনবনা চবা হেল্লগা হবাওনা নোকচবা
লৈকায়না নুংঙাইবগা থম্মোয় শোক্লা কপচবা
মীগী লেং (Queue) হূবানবদা ইকাযদবা লমগী মী
ও নঙ ৱাজবা তাবেদো!
ৱাবগা নঙ কবিসু তৌবদি ঙল্লোই
নঙবু ৱাহল্লিবা মখোয়দুদা
মবমদি মদু লমদমসিগী চৎনবী নত্তে,
কবিগীনো খঙনীংলগা হেক য়েংউ
মথক্কী ৱাচুম লামায় ফাক্লুনা।
নঙ ৱাহঙ্খোক হোংনীংলম্বা য়াই
ঙাইখো' মদু হৌজিক্কীদি চৎনবিবা চৎনবীনা কোন্দে।

# অঙ্গৈংবা

মাতনি খৌবাংলগা
মাতনি ঈকজনীংলগা।

ব্লাখল তক তহেন্দবা
অমোংপ্যা মচা'

ঈংদুনতা লৈজবিবা
তবং তবং লূবা ঈশিংদুনা
কবিবুদি হাযবক্কনি হাযবগে নঙোন্দা
অমাংবতা পাযবা হৈনজববা নখৃৎতু
নকষ্ট্রী খোক্লা হঞ্জিন হঞ্জিন হামজীনবদা।

কৈদৌবে?
হায়ঃ কদাযদগী ঈনো নবাযবক্তা
তঙাং তঙাংনা মবী মবী শিষ্টুবিবা?

এঃ থাঙগুম খৌববা উন মচেক্লা
ওল্লকপা ঈশিংনা
ঈংমনবদগী
কা হেন্না ঈংমনবদগী'

# ঐঙোন্দা নঙ

নঙোন্দা কল্লত্তবা অমত্তা য়াওদে
শক্তম
শাবান
মীৎয়েং
মীনোক

তত্তনা য়াকায়হল্লি নঙনা ঐগী
ব্লাখল
পূক্লীং
থম্মোয়
হকচাং

ঐনদি শেংনা খঙই নঙসে
নুংনি
শক্তমনি
খুৎশেমনি
মীত্রংনি

অদুমক্তদা।

# ইখোঙসিনা

য়াম্না কুইবক্কে
ইখুৎ পুন্দুনা অমম্বদা চিংলকপা
তিংখং তুম্বৌ নুংতেক চেগায়লক্তা।

কয়াম বাংলি
ইনীং তম্না অঙানবদা চৎচগদবা
ইখোঙসিনা তনান তনানবা লম্বীদুদা।

## সোক্রেটিস

*In life you were the most righteous,*
*in death you were the noblest*

অবানবা থৌশিলনা মীওইবগী লমচৎ শোকহল্লকপদা
লৈঙাকপশিংগী পাঙ্গলবুদি নঙনা শীংনখি।
ব্রায়েল ব্রায়েৎ পুথোক্লবা
মশীং থাখিবা ব্রায়েৎলোয় চামঙা অমগী মনুংদা হুম্ফুখক্তনা
খূৎনেক ব্রায়েৎ পীখিদো
নঙবু নবাল লৈববা মীশক্তি হায়না।
কবিবু তৌবা ঙমগনি
লৈঙাকপশিংগী পাঙ্গলদা তোংবা ব্রায়েল্লেন মকোক
ব্রায়েল পীবা তাগ্রেদনা অবোইবা
নঙবুদি অশিলমদমদা থানবা।
মীওইবগীদমক য়াইফ-মীৎয়েং তবংবা
হে! অতাঙথোইবা মপোক ফংখিবা
অচুম্ববু শেংনা উবা ঙমখিবা নঙনা
কৈদৌনুংদসু কিদুনা চেনখিদে লৈঙাকপশিংবুদি।
হে লমচৎথোইবা!
নঙনা ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা ইকায়খুম্নখি
পূম্নমক্তগী হেম্লি খন্দুনা
নমা-লমদমগী চৎনবিবা চৎন-কাঙলোনবুদি।
অদুমক্তনা থকখি নঙনা য়ানীংনা
তমথীববা হেমলোক হূবু থুন্নবা খোইহীগুম।
কাউবা লৈতে মালেমসিনা
নঙনা ঙাঙলম্বা ব্রাহেশিংদো
অবোইবা ওইনা নক্নপ-নপিজা নবোই-ননাওশিংদা-
'কায়ন পূংফম মাদি থুংলবে

চৎলিদো ঐখোয়না ঐখোয় ঐখোয়গী লম্বীদা
ঐনা শিবগীদা
নখোয়না হিংবগীদা
কবম্বনবু হেন্না শাফবিবা
খঙগনি মপু মাতনদি"।

তাইবঙদদি
নঙনা পৃম্নমক্তগী লীচৎ চুম্না অখোইবা নুপানি,
অশি লমদনা
নঙমুক পৃকচেল চাউবদি লৈবোইকো।

# মহৌশা

লৈবসু য়াওই মহৌশানা
মহৌশাগী মহৌশা নত্তবা মহৌশা
মদুসু ওইবকই অদুম মহৌশা।

নোংমৈ কাপ্পদা মখোন থোকপা মহৌশানি
নোংমৈ মখোলদা কিব্বসু মহৌশানি
মকনা য়াওনা পাইবসু মহৌশানি।

শিফম চানা পাল্লগা মী নৎত্রগা শানা শিবা মহৌশানি
শিবু শিববদি অমুক হিংলক্কবা মহৌশানি।

মহৌশানা কাপ্পু কাপথোকপ্রবদি কনামত্তা হাৎত্রবসু
মহৌশানা নোংমৈ মরুদি তশেংনা অদুম শিববনি।

## অমম্বগী মঙাল

মীৎ-না সুক্তোক্তুনা
লৌশিংগী লশ্বী কয়া পুথোক্তুনা
শেৎ-ফাক্তুনা ফনা হোৎনববসু
থেংলুবদি লায়বদুনা উবমকসু ফংজদে মীৎকুপ অমত্তং
অঙানবা ঐগী ইমীৎসিনা
শকহেনবী মাগী উজনীংবা শক্তম।

খোঙজেল য়াঙলবা পূক্লীংনা
নোমজেল চেন্দুনা থিববসু মফম খুদীং
মঙলাক্তা মঙলান তাদুনা মতোকই ,
পাঙ্গল রাখল চোকথবা নত্তনা
শক্তমদুতদি ফংদ্রে মউবা।

অমম্বা!
নঙবু কৌগে হে লাইবকফবা!
কল্লকইদকো নঙগী মপোকসে।
কবি লাইরাবু হৈবনো
কবম্বা মীত্রংবু শান্নবনো
শকহেনবী মাগী থম্মোয়গী লৈমায় থন্না চাইবিবা
ইকায়বা মপৈ মপৈ তকথোক্তুনা
শুন্দ্রাংলবী মাগী খোয়থুম ঈবীকপু
ননীং তম্না পেন্না থকচবিবা
চীনবান থেংনা।

# পামজবা অমসুং ফংলিবা

নঙবু মোমোন অমুক্তং নোকহনবা ঙম্বদা
খঞ্জে পুন্সিসে পোকপগী মহয় য়াল্লবনি
তাইবঙদা তাঙলবা পন্থুংগী মঙাল ফংলবনি।

নঙবু নোংমতসু ঐদি নোকহনবা ঙমদে
ঐগী অশোনবতনা কপহল্লি নঙবু তঙনা
থরায়দি থরায়নি নঙসে ঐগীদি পুন্সিগী।

# শকহেন্থোইবী

মথোৎ কাবকপগী খম থেংলবী
লৈশাবী মপূং ফাববীনি নঙ,
নঙগী নশক ফজনবা মকে শেন্নিবসিতদি
পেন্দে ঐ
ওন্থোক্লা পেন্দে।

ইমীৎ উইশিল্লগা
ঐনা শাগৎচবা নঙগী নীংথিবী শক্তম
নাপ-নাপ লাউনা মঙাল নাইব্বী
কল্লক্লা চুং ফিবাল চাববী শাবান
শুদ্ধৎপা মীনোক পুবী বাশি লৈবী মায়থোঙ
নঙদি ওইবমদে অমুক্তা
অমুক্তসু ঐনা মীৎ পাঙথোবকপদা।

নঙবু মখোয়তগীনি খন্না কল্লক খম্বঙবিবশিং
মথম্মোয় মথম্মোয়দদি পোঙনা চাউথোকচৈ
খঞ্জে নঙতনি পূম্নমক্তগী থোইব্বী শকহেনবী।

নঙগী নঙান্দা মবায় হাইগৎচবিবা মখোয়না
নঙবু থাপ্না তাম্না নুংশিনা য়েংজবশিং
য়েংবি হন্থনা খোঙয়াগী উফুলগুম।

মচীন্দদি নঙগীনি লাউজবিবা
মখোয়না হিংজৈ নঙগী ফিজি মকমদা থূপ্তুনা,
হোৎনজৈ ঙম্বমখৈ কূপ্লনবা
মখোয়গী অপীকপা অমকপা পূকচেল
নঙগী মকে শেম্বদা।
অদুনা হে শকহেনবী!
কৈদৌঙেনো নঙনা ওইগদবা মালেমগী শকহেন্থোইবী?

## শিফমদা হিংফম

চাউববা শহবগী লৃখাককোম
অমাং-অশোইতনা চীংগুম ৱাংনা পৈবিবা
তমথীবা মহীক-মতাংগী মকোন্দুদা
থিবি থৱায়গী হিংনীংঙাই মচাক
মমা-মপা মফম খঙদ্রবা মচাশিংনা।

শেংপা চাবা মনীং তল্লিবা
য়াইফকোনগী মচাশিংনা
চংলি মখোঙ লৈবাক তাদনা নুংঙাইনা
উফূল লৈবীক চঙদ্রবা গাড়ীদা।

খঙহৌদনা কাপ্লকখিবা নোংমৈ মক্ক অমা
চংখি থিংলিবা গাড়ীগী খোঙ ফাওনা,
মবালগী মচু তৈদ্রিবা
কোয়না ঙাক শেল্লিবা মন্ত্রীগী মচাদো
শম্মাদা হিংহৌই।

# শগোল শামু

মীচঙ মীচঙ খোম্নদুনা
নাকপাক নাকপাক তানদুনা
শগোলনা লান খক শোক্লদে
শামুনা লান খক থেংনদে।

মীগী মখাদা লৈবা শগোল
মীগী মখাদা হিংবা শামু
মীনা মীগা শোক্লবা লানফমদা
মথ্বায় থাদোকই মখোয লান য়াওবদা।

থোক্লদবা মতম ঙাইহিবিবা লানফম্নি
লান ঙমদবা য়াদে শীংলিবা খোঙজংনি
অদুনা
লান শোক্লগদবা শগোলশিং
লান থেংনগদবা শামুশিং
চেকশিন্না মশীং থীবা তাবক্লে
ঙসি হয়েংমক।

## অচিনবা লম্বী

মমশিল্লকপসিদা
হুমাংমন্না নোংমগী চবা তাঞ্জকবা
চেন্না চেন্না হন্নবকই
কুচু কুমেন খোক্তবা মায়খোঙ পুদুনা
ময়ূমতবু য়ৌববদি খন।

পীক্লিবা মচাশিংগী মবূক লান্নন্ননি
রাখল অসিতনা
অরা-অনা তুংওইনৈ।

চিনশিনহল্লবা লম্বীদুদা
থৌজিন্নবকই ইনাকখুনবগী কাংখোঙশিং
অঙম-অবায় লৈতনা
পূন্নমক মমীৎতা খোঙয়াগী উফূল,
ওস্থোকপা লাইবক্লিদকো
মহাক্না তুখিবা লম্বীগী উফূল
ওনখ্রে অঙাঙবা লৈখোম!

মশাদগী শীজ্জখিবা ঈখেঙগীদমক
ফাওদে নুংনাংবা খজিক্তসু মথম্মোয়দা
কায়খ্রে মঙলান্দি উফূলথক্তা চাইখ্রবা চেঙবু য়েং
মবূক লান্নিগদবা মচাশিংগীদমক
হেঃ লাঙবা য়াবা নত্তে
অয়ো অয়া লাউহৈদে
ইনিংথৌ য়াতাবিনে।

য়েংঙা
কামখৎনা কংলবা মবূকসে
নাকল য়েৎলোম ওইবোম থ্রোক থ্রোক য়াওল্লদুনা
সুব চানা নাখোক্লিবসে
অদুনা
সনা লমজাও মথৌ চিল্লি।

# ঈরৈবাকসিদা

চাগে হায়কবসু লৈতে
চাবো হায়দুনা পীজবকপসু লৈতে
চাদবদি ময়াখিদে।

চাকববনিনা হকচাংদি মনাবে
অদুনা লায়েংদবা য়াদে পৈশা পীদুনা ডাক্টবদা
য়াদে চাদবা থক্তবা কাপ্তবা হীদাক লৈবগা পৈশা তিংনা,
পৈশা নৎত্রগা লাইবক লৈত্রগা
কাখৎপা তাই লৈচিল খোঙনেৎনা অহাঙবদা
তাইবঙদা ইমি মূখৎতুনা।

ঙম্লবসু ঙমদ্রে শেম্বা মখোয়দো
ময়ূমতদি ঙমই ব্রাংখৎপা ইবং লংনা নোংমদোলদা।

মথম্মোয়দু ঃ
অমোৎপা উফূলনা থাগৎলবনিনা
লুনা লৈখোমদা পৃথপ্রবনিনা
ঙমদি ঙমইনে চৎচবা
হৌবিবা উফূল চানা চানা
থোক্লিবা লৈখোম তৈনা তৈনা
ঈবৈবাকসিদা!

## ইন্‌হেরিট্যান্স

ঐগী ইমুংদা
ইবৈকায়দা
ইখুঙংদা
ইবমদমদা
ঙসিমক হৌজিকমক থোক্লিবা তাবিবা ৱাবী কয়াসে
ময়েক শেংনদি ইদুনা লৈহৌগনি পুৱাবীগী লাতমদা।

ময়াম্ববু হাৎলগা মনাওনা নিংথৌ ওইনীংবগী
মপাবু চিংথবগা মচানা ফম্বাল কানীংবগী
নিংথৌ ওইগে হায়বক্তনবা মনাও নত্তগা মচাবু লোইশিনবগী
অদুগা
লীশাং শিংনা নম্ফূদা চিংবিবি ফৃং ফৃং চোংদুনা
চাক্লিবা লাশ্মে মবক্তুদা
মবৃক্লীংগী ৱাহৈ অমত্তসু চীনবাল কাওথোকপা ঙমজদ্রবা
মৈখাক ওল্লবা মীচম কয়াগী থৱায়শিং!
থীকবা ঙদ্বা নত্তে মমা লৈবাক নুংশিবা মচাগী মশীং
তৎপা লৈতনা লেপ্তুনা শমথবকই ঈগী পবীং
ওহ্লোক্লা ৱানদি উঁই শম্নবদা মখোয় অমগা অমগা
লেপ্লা লৈবা নত্তে হেনগৎপসু জ্‌-জ্‌-জ্‌।
হায়নবদি লৈ পুৱাবীসে
তাঙ্কক অমা লোইবগা হঞ্জিল্লি মকোক্তা অমুক
মীনাই ওইবদ্বা মপু, ওইবক্কনি নোংমা মীনাই অমুক।
শৰুক অসিমখৈ লৌখৎপা য়াদনা পৎলে
ইমীংনা উবে
ইনানা তাবে
খন্দোক্তুনা হুন্দোকত্রসি থাপ্লা
হঞ্জিনহনবা সুকয়া য়াদেকো
‘চিংলবনি চৈখৈ অমা অবোইবা’
মসিবু কনানা হায়বা ঙমগনি?

# ঐগী থম্মোয় ঐগী পূক্নীং

'মাঙদা চঙশিনমিন্নবসি'
কন্না লাউবিবদু লুচিংবা ওইগনি
মকোক্তদি উদে চৎপা মহাক।

কদায়দগীনোদা পংহিং হিংজবিবশিংগী ৱাবু
খূজী পায়বিবা মখোয়দি খূৎলোয়ববনি
কবিসু নাচুংদে অশোনবগী থৱায় ললোনবদা।

মবাল অমত্তং ময়েক শেংনা পুথোক্লুবদা
মীৎকূপ্তা চাম্মা চাম্মা কাওথোবকই অতোপ্পগী
অমুক লোৎশিনখি মাগীনা লীশীং লীশীং।

তমথীবা মখোয়গী কুম্মৈসিতা য়েংবদা
মশীং নাইদনা চবা হেল্লক্লবা ঐ
পূক লাম্বা অমুক্তা ফাওখিদ্রে।

এঃ নুংসু পানসু পূমহাঙ হাঙলবা
কদোমদা চৎখ্রবনো
কদায় য়ৌখ্রবনো
ঐগী থম্মোয়
ঐগী পূক্নীং
ঐগী থৱায়     !!!
হুং. থিকদবদি সুকয়া য়াদে।

# অনৌবা ঈশ্বর অনৌবা থৌরাং

অনৌবা ঈশ্বব
থবক পূবা কুইদ্রি মহাক
মথৌ শূবগী মহুত্তা
য়েংদুনা থিগত্তুনতা লৈ
ফাক-ফাক্কুনা চেনা অমত্তা চিথদনা
ব্রাকং চগুদবা সাউণ্ড প্রুফ কাদা।
মহাক্কা খগুলকই -
অহিংবনবু লৈববা মফমদা
লৈতবা লৈতে ব্রাথোক-লাম্বোক চবাং-খোইবাগুনবা,
কোক তোয়না চিকই
লেগুনা হেনগৎলি ব্রাখল শাবগী চাং
ঈংবা ফংদে মীৎকুপ'মত্তা।
লম্বী থিবি অনৌবা ঈশ্বব
নুংঙাইনা পোথাদুনা লৈথোকপা য়ানবা,
লৌথোকপা হৌবকই নোংম নোংমগী
অহিংবগী হিংনীংঙাই মচাকশিং মালেমদগী।
মমীংতা উদুনতা লৈ উৎপুগু অমা
অহিংবা কনাসু লৈতবা
ব্রাকৎকী নুংশিৎ-নুংশা চপ লেপ্পবা।
মাগীসি অচৌবা থৌবাং অমনি
মীওইবনা য়ৈখায়বা গুন্নোইদৌবি
চাংয়েং পোবম ফজনা পায়খৎলি
ওইথোকপা য়ানা লৈবি
য়াম্না নক্কা।

# মৈরাগী থাউ

মবৈবাক নীংবা মচা কয়া পোক্লিবী
মচাগী ঈখেঙনা মতম্বাক্তা তোয়না তাববী
ইমা কয়ানা তেংথাবগী শীজ্বকপা পিতনা
অসুম জব জব থুমগৎলসনু চীংদোন পক্লা।

থব্বায়না লংথোক্লম্লবা হকচাং মপৈতনা
মেল্লসিনে চীংনুংহুৎ ঈফুৎ-ঈচুম ফাওদনা
চেম্প্লোকহনগনুসি কৈদৌনুং মীবম লান্না
ওইহল্লসি থাউ মালেম ঙান্ন' মৈবা অমত্তংগী
চিংননুসি লমদমসে কোয়না থৎলি চীংলোন্না।

# তোকথোকও কাউথোকও

লৈতেনে পাম্বে কবি'মত্রা
হিংবগী অবোইবা নাইতোম লম্বীসে
শিবা নত্তনা।

কৈদবু শিকনি মীনা তাইবঙদা নত্তনা
হিংবসে নোংমা ওম্ভোকনি শিবা শোয়দনা।
কবিবু মাঙজবিবা
কবিবু তোংজবিবা
কবিবু খেন্নবিবা?

হুন্দোকসি পুক্সিগী নুংঙাই যাইফবা
কাউথোকসি পুক্সিগী অরা অনাবা
লংথোকখ্রসি হকচাংসে
ঙাইহাক্কীনি হায়বদাই হিংবা
মাল্লিনে অশিবনদুম ফনা তুংকোইবা।

হাইঃ নীংবা কায়বা মানবু মাযপাকপা যাব্রা
মঙলান অমদি শাগৎসিনে
শিববা তুংদনে ঐখোয
নপকনি অদুম তাইবঙপানবগী শাইজীন্দা।

## ঐগী লাইরিব

হৱতবু পামজবনা
ইখি ঐনা খোর্জে পায়দুনা
পীখি য়ন্নুবেন্নীনা অঙৌবা চেবাং চেবাং।

লেপনাইখিদে পুন্সিগী তাঙ্কক খবদি।

ঐনা চহী য়াস্খে শুবকপদা
নুংশিবীবা মীয়াম্না পাবিখি
খৃৎনম তবেৎতা ফোঙখিবা ঐগী লাইবিক
নুপা অহুম
নুপী মবী।

## ইচে    চন্দ্রশখি

ইচে'
চহী কয়া লোযনবক্রে
ইমাগুম্নসু কবিগুম্বদা
ইমান্নবীগুম্নসু কবিগুম্বদা
মক্দপকুম্নসু কবিগুম্বদা
পুক্সিগী হিংনবা খোঙচত্তা
চঙলুবা শিনফমগী লম্বীদা
যা যা মতেং পাংনদুনা
অৱাবদা নুংঙাইবদা।

লানখিবম্বা য়াই নুমিৎ অমা নফমদা
কায়খিবম্বা যাই অপঙবা ওইবগী
হায়খিবম্বা য়াই অবানবা ৱাহৈ
লঙজখিবম্বা য়াই ইমায থকপদগী
অদুবু ঙসিদি ঃ
থবক্তগী পোত্থানবা অবোইবা নুমিৎনা লাক্লবদা
কায়নবগী মীৎকূপসিনা যৌবক্লবদা
ঙাক্লম্মুকো ইচে
পঙলবা নৌপ্পাবু'

ইচেনা
ইমা অমত্তগী নৌপ্পামক্তি খন্দুনা
নোংমা পীবিবম্বা তাঙলবা পাউতাক
হিংলিঙৈ পুক্সি খোঙথাং খূদীং
কবম্না কাউগনি ইচে
কাউজবোইকো

'মমা মপানা
মীওইবগী চৎনলোন্দি তন্নীদনা
ওক্তবা মচা অমগীদমক
সনা লৃপানা চীংমুক ন্নাংনা পীবমদুনসু
কৈদৌকনি নীংখায়দুনা মাঙগদৌবা
মীৎকৃপ্তা কোঙ্গোল তাকপগুম।'
মমল নাইদ্রবা লনসে
ফংজৈ ইচেদগী লায়ন্নাগী মশক ওইনা,
পুন্সিগী অবোইবা মীৎকৃপফাও'
কায়দুনা শীজিন্নজগে লোইনাইদা।

তাইবঙ খোঙচত্তি লেপ্পা লৈতে
খোঙবু ওইখি লমদাং অমদা
কায়ননি অমুক লমখায় অমদা।

লেমহৌবিবা পুন্সি লম্বেলসে
চৎপিয়ু ইচে' পামজবা খোঙথাং থাংদুনা
পল্লৌ-পঙ্গিং লৈতনা,
ইমুং-মনুং ইচা-ইসু পূন্নমক
ঈংনা তপ্পা
অন্না-অনা য়াওদনা
নীংজবা মঙালগী পম্বুং ফংনবা।
ইচে নঙবুনে'
অবোইবদা শৈথাজগে -
'মাযথোঙ য়েংলে লমঙানবী
নতৌ উবে মঈংবী
খোঞ্জেল তাবে খোয়থুন্নী
মীপূম খূদীংগী মকপ্লোয,
চানবী মীৎয়েংগী মবেম্মা
থাজ থানিল থোইববী
নঙদি শখিনি অশেংবা শখি
ঐখোযগী চন্দ্রশখি।'

## উবা উদবা

কৃপগ্রবসু নঙগী নসা শীনবা থুংনা
ফিজেৎ লৈতেং কয়ানা মবোল নাইনা
ঐদি খঙই ময়েক শেংনা -
নঙগী উনসা মহুৎ কয়াম্না কৃপ্নগে
নঙগী কুচু কয়াম্না লম ঙানবগে।

ইমীৎ অনীসে চেৎনা উইশিল্লগা
হেন্নদুম মশক থোক্ককই তবং তবং
য়াতোন উবা নঙগী মীনোক্কুসু।

অদুবুনে
নঙনা ফনা ল্যাওনা শ্যাবাক ফাক্তোক্লবসু
নঙগী থম্মোয়গী মচু অসিমত্তংদি
ঐ উবা সুকঙম ঙমদ্রে,
নঙনা ফনা লৈতোন শেংনা ঙাঙলবসু
পৃক্লীংগী ফিজঙ মকমদগী তাবিবা
নঙগী চীনবানগী খোঞ্জেল অসিমত্তংদি
ঐ মবোল লৌবা সুকঙম ঙমদ্রে।

# খঙঙমদবা মতৌ

লেপ্লি ফল্লবা মথা অতিয়াদা লোংখৎলদুনা
ঙমই হাযবা মতা উৎলদুনা চীংজাউনা।

মালঙগী ঈপাক্তা তাউবিবা পাবানবা লৈচিলনা
খুমজিনবা লাক্লজবি লোন্না তূমিন ইকাযনা।

অসুম যুংলক্লগা মৈশা হেল্লিবা নুমিৎকী মশেক্লা
মাঙহন্নবা লাক্লবি লৈচিলবু কোয়তান তান্নদুনা।

লোকচাউ ফূগাযদুনা চেন্থবকপা চীংগী ঈশিংনা
থনগৎলক্লি পাৎকী মবূক পূমচোন চোন্না।

খঙঙমদবা মতৌসে খাম্বা ঙমদে কনানা
কূম্মেসিবু যেংজবি উ-ব্রা লবূক লম্ব্রাঙনা।

# মমাশিজ হকচাং ঈরবা

হায়বিবদু চুপ্লেকো
মমায় মমীৎ লৌফম খঙদ্রবা
মখোঙ মখূৎ মতৎ মতৎ পাইথোকখ্রবা
থীবোং থীবিল চোংথোক্লবা
ঙম্লমক পূমচাই চাইখ্রবা
ও ও অং অং!
অদুদি চৎসি
অব্রাবা উৎলুদবা কদাযদগী যাগনি
থম্মোয খম থেংনা শোক্লবগী মতৌ
যাম্না সিবিয়স ওইবা এক্টিং
উহন্দবা যাদে মপাম্থোংদা, উম মপাম্থোংদা
হৈ! পংনা লাক্তবা তাঞ্জা!
নঙ মাঙখিবা য়াদেকো
পোৎশিং ফগদবা ললোনপোৎ থুংলবেবা
ললোনবা হৈতবা যাদে
মীনোক্তো খিৎ মোমোন্নবকখিনু
কূম্মৈ মতাং চাফাত্তে।
মনুংগী ব্রাদি
অদুম খঙনববদুবু
মনুংদা।
পাউ অমা
হাঃ কবি পাউনোনে লাক্লিবদুবো?
হাঃ কৈদৌবা মমাশিজ হকচাং ঈববা
ঙবাংতা ফোন্দা মখোল থোক্লা নোক্লকপদুবো!
ওহ! ওহ! ওহ!

ঐগী থম্মোয়সে
নুংসু পানসু থক থক নীক্লিবা
কবি মতৌনো !
মমাশিজবু হকচাং ঈববা
লায়েংবা তাববা সমুদ্র বাংমদা মতম চঙনা !
হা তাইবঙ মপু !
ঐগী চাইবিবা ললোনপোৎশিং
অবেম্বদা পৎ পুমদুনা মাঙদ্রিবৈ
পোৎশিত্তদি হঞ্জিনহনবিয়ুকো !
থম্মোয় শেংনা খুকমজবি-
মমাশিজ তগৎ তগৎ তেক্লা ফহনবিবকউকো
পাউ তন্না য়ৌহনবিবকউকো
মানা পীবক্কদবনিনে তৎলি-তাবিবশিংগী মমলদো।
পীবক্লগা মানদি য়াম্না য়াম্না
য়েনবনিনে ঐনদি খিত্তং খিত্তং
অৱাবনিদকো !
অৱাবনিদকো !!

# নোংমৈগী মতীক

নোংমৈ'
নশক ফোংনা উৎপা য়াদে
নওবু উবদা কিবনা পাখৎপা মী য়াম্না লৈ,
পাখৎপনা মীবু মিহুল খংচোং চোংহনবা
মদু থবক খক নত্তে অফবা।

অদুমক্তদা
মীবু কিহনবা পাম্বশিংনা
মীনা কিবগা পেঞ্জবশিংনা
ইন্নফিনা খুমজিল্লগা উৎলি খজিক্তং মতোল
মখূল অমত্তং হূৎপা ননাতোল,
মীনা তেংথাবা তাবগা মথ্বায় হবাওজবশিংনা
মিপাইহল্লি মখোল তাহল্লগা মক্ক কাপখোক্লুনা।

অশোনবা থব্রাযশিং
কবিদি তৌজবা ঙমগনি
শিবা ঙম্নবা হিংবগী চৈনা খাঙবা নত্তনা।

শাইজীন্দা মৈ চুবিবশিংদা নপাঙ্গল ফূদোকউ
ইমুংদা মখোল পংথোক থোকহনগুমসি
পূম্নমক্তগী লুবিবদি নুপী অঙাংনি।
লৈবাক্কী অশেংবা শক্তমদি
মখোয়গী মায়থোঙদা তাবি।

## ঙাইহাক কোক শান্নবা

মীওইবনা নোকই
নুংঙাইবা ফংলগা,
মীওইবনা কপই
অৱাবা নংলগা।
লাই মানদি
হবাওবস্না য়াই
মাগী খৃৎশেমদা
হাপথিবা মচাক্রা
মথৌ উৎলকপদা
পবীং কাযদনা।
খল্লুবগী ৱাতনি
মীওইবগী কোক্রা,
খেন্নবমদবা য়াই
মাগী মফমদদি
অৱাবা নুংঙাইবা।
লওজকব্বা য়াই
মীনদি মীদা
অদুবু ওইথোক্তে
লাই মঙোন্দদি।
মীওইবনা খায়
অফবা ফত্তবা
লাইনদি শেমই
অনীমক মান্নবা।
নও ঙস্বনে
লাইবু নুংশিবা ?

নঙ ঙন্থনে
লাইবু য়েক্লবা ?
রাখলনা খল্লিবসে
পূক্লীংনা নীংলিবসে
ফাওনবসু য়াদে
উনদুনা মাগদি,
খঙদে ঙমগদ্রা
মীনদি হোৎনবি
লম্বীসে শম্লনবা।
অহৌবসু তাক্লমদবা
অবোইবসু খঙহন্দবা
শ্যাংলবা খোঙচৎনি
পম্বুংদি উদবা।
কবিগুরুদা মাল্লি
নক্লবকপগুম খজিক্তং
লাপথোকখি উঙমদনা
থংনবকপা মীৎকূপ্পা।
তোয়নদি লাকইনে
নক্লসু মীৎমাঙদা
অসুম্বা অসুম .   ।

## তান্নবা

অমাংশঙগী ফক্লাংদা তোংলি
ঈনা মবূক থল্লবা কাঙ অমা
উইহবি নুংঙাই মঙলান মঙদুনা।

কচীন্দা কুংনা হাইববা মহুমদা
থুববদু মীৎকপ থোক্লুনা পাইথোবকপদা
ঙাইহবি মিনা ফিবেপ চেৎনা।

চবাম চদৎনববা অশোনবা ককচেং
চেকখায়ববা লৈমায়দা কোয়চৎ চৎলি
খঙদ্রি কৈদৌঙৈ ফংগনি মচীঞ্জাক।

ফংগে খন্না মাবুতবু তান্নবিবা
কাঙগী মবূক্তা যাওবিবা ঈসিদি
তশেং-তশেংবা তাইবঙ মীগীনি।

# থবায়গী মীনাই

মীনা নঙগীদমক লাঙতক্রে
মীনা নঙগী নশক খঙনীংলি
নঙবু ফংজবগা
নঙবু মখোয়গী ওইজবগা
নুংঙাই য়াইবী মবাঙ কায়গনি খঞে
মঙলান অসি কুইববনি।

মীৎ লাওনা পাঙথোক্কুনা
ফনা পাকথোক শন্দোক্লা য়েংনৈ,
অমুক্কসু
মীৎ চেৎনা উইশিন্দুনা
ফনা কৃপ্পা খন্থদুনা যেংনৈ
নঙবুদি অমুক্তা উবা ফংনদে শেংনা
নম্হৎলি মশেল-মবাংতন্যা।

কোগোক কোক্লবা থাখলগী চীংশাং পবেং
কৃপশিন্দুনা নৈ মতম চুপ্পদা
চিংনবগী নৈচিলতনা হাইদোকপা নৈতনা
মবোল মশীং খঙদনা থানা।
নঙবু উনীংবনা ঈথৌ লাংজবিবা
চন্নবা শোল্লবা মীগী মপৈসে
নঙগা নোংমতা শকখঙনবা ফংদনা
অসুম্মক হোইদুনা তাম্থোকখিবা মতাবদ্রা
অসোম থাংমদা
মঙালগা কায়নববা লমদমদা
ঙমখৈসিবু লানথোক্কুনা।

তাখি লাউবম্বা খোঞ্জেল হৌনা
নঙবু পুরক্লনি ৱাশকখিবা
মীয়ামগা শকখঙনহন্নগনি হায়দুনা;
নঙগী নশক
নঙগী কুম্মৈ
হায়খি য়েংহন্নগনি থম্মোয় পেন্না।

পাকচাউববা কুম্মৈগী ফম্বাক্তা
পুক্রীং হুববা নঙনা লেপ্লদো
নশেক নঙাম্না মায়কৈ শীনবদো
মমীৎ পেন্না য়েংজনীংবা
তুম্পক তুম্পক লেপ্লি মখোয় লীশিং লীশিংনা
ঈখৌ লাংনা ঙাইজরি
মীংকুপ খুদীং
পুংজা খুদীং
নুমিৎ খুদীং ...।

নঙনা শক্লকপা ঈশৈদো মখোয়সু শকচনবা
নঙনা শাবকপা জগোয়দো মখোয়সু শাজনবা
ঔবাইরি মন্নবা অহীং কয়াদা।
ফম্বাক অসি তেকথরক্লি
লৈতেং অসি মন্থবক্লি
মৈঙাল অসি মুংথবক্লি।
ৱাখলগী ঈমায়দা মোংলম্বা ঈথকশিং
ঈপোম নাইদনা ঈংথবক্লি।
অঙম্বশিংদা
অকনবশিংদা
মাঙজীন থাবিবশিংদা
ইবমদমগী মঙলান মঙলিবশিংদা

ইরৈবাক্কীদমক থবায় পান্মূদবশিংদা ...
হংজখি তোয়না কয়ারক।

হিংবগী মচী অমত্তং ফংজনবা
থবায়গী মীনাই ওইবিবা হৃকচাংশিং
ফিজি পায়দুনা য়াম্লিবশিং
মশীংদি য়ামশ্রেদকো ওয়েক্রা
হে নীংতম্বা

# চহী নীফু হেন্নবী

ইচো
হায়ফম খঙদে
কবিনোমা উই ঐ নঙোন্দা।

পোকমিন্নবী ইচে নত্তে নঙ ঐগী
ইমা-ইপা তিন্নবা নৌপ্পা নত্তে ঐ নঙগী
নঙদি চহী নীফু লানখ্রে
ঐদি কুন্তমক মতাপ্লি
নঙদি চীংজাউ কয়া কাগ্রবীনি
নোংলৈ নুংশিৎ থেংনগ্রবীনি
হকথেংনব্বদি লায়বদুনা ঐনা
থাপ্না খজিত্তনি উবিবা ইমীৎসিনা।

ইচো
হায়ফম খঙদে
কবিনোমা উই ঐ নঙোন্দা।

থেংনৈ উনৈ
ঙাঙনৈ শক্রে
ইশুং-ইমান্নবী কয়া
লোয়নকই থৌদোক ৱাথোক
চৎমিন্নকই হৱাও-কৃম্মৈ
শকচানকই মীৎয়েং-মীনোক
কনাগুম্বী অমত্তনা কাইহৌবা ঙমদে
ঐগী পূক্নীং
ঐগী থম্মোয়।

ইচো
হায়ফম খঙদে
কবিনোমা উই ঐ নঙোন্দা।

নৌব-নৌববী
ফজ-ফজরবী
কুচু লময়ৌনা ঙাল্লবী কয়ানি -
মখোয়গী বাহৈ অমত্তনা
মখোয়গী শাখেক অমত্তনা
নমখেক্লবদি লায়বদুনা থম্মোয়গী খোঙজীন
কক্তং লাউনা ঙমদে খেংলবা মখূৎনা।

নঙনা নোক্লকপদা
মায়খোঙদা হৌবকপা ঈথক্তো
বাখল চাংজৌ পাখোকই
ঐ খাঙবা ঙমদে;
মায়খোঙগা থম্মোয়গগী মবক্তা
খাবা উদে পল অমত্তনা
পূমফাও ফাওনবা মীনোক্লি।

থবায় তানা নোক্লগা নঙনা
ময়ি কয়ানা মীৎচিগী উনশাবু শুপচিল্লকপদা
কয়াদি লাঙজবিবা ঐগী পূক্নীংনা
মঙাল অমনি ফোঙঙমদবা
নহা ঐগী বাখলদা।

ইচো
হায়ফম খঙদে
কবিনোমা উই ঐ নঙোন্দা।

নৌপ্পা ওইবগী তাকই নঙনা

ইহৈ-ইশিংগী লন্নী মঙাল উনবা
তন্নী নঙনা ইখূৎ পায়দুনা
উবি ঐনা ওন্নবা লন্নী অমা।

অরোৎপা ময়াই অমনা তত্তনা কাইহৌরি
চিংদুনা চেন্নীংই নঙবু নখূৎ পায়দুনা
হাঙলবা থম্মোয় লৈকোন্দু য়ৌনবা
ওল্লিমখৈ খোঙজেল য়াঙনা
ইনীং তম্মা।

ইচো
সিমত্তং খঙবিয়ুকো
ঐদি শোল্লবা থব্বায়নি।

# ঐঙোন্দা পূক্নীং নঙ

মীনা হায়রকপা ঝাদি
ঐ তাদবা ঙমই;
মীনা ঈনশিল্লকপা থৌদি
ঐ পাঙদবা ঙমই।

থনুংদগী পীবকপা থৌদাংসিদি
কবম্না হিক্তোকপা ঙমগনি
মীংকূপ অমত্তসু পদ্বনীংদ্রি
হেক্তা চোংথনীংলি মৈনুংদসু!

অথাদ্নদগী নত্তে লাউবক্লিবা
নাকোঙ মনুংমত্তদগীনি
কবম তাসিন্নদবা ঙমগনি!

পোকপদা য়াওবকই
থাদোকপা লৈতনা লোয়নবি
মতম খূদীং,
মফম খূদীং,
নঙোন্দা হাপ্লকপা মহৌশাগী খূদোলনা
ওৎলবি তমথীনা
লাক্লবি ঐবু অতৎপা লৈতনা ...
চানীংলি মহাও তংহৈদববু
থেংনীংলি মশা শোকহৈদববু।
হে পূক্নীং!
লৃপ্তুনা মশান্নে নঙদি
পাক্লা লুববা ঈবোন্নুংদসু;

কাবসু মঙমই নঙদি
ঙম্না বাংলবা চীংদোন্দসু;
পাইদুনা মকোয়রই নঙদি
পাক্লা শন্দোক্লিবা অতিয়াদসু;
ওইদবা লৈতে পুম্নমক নঙগী নফমদা!

নঙগী নতুং ইনবদা
নঙগী শবৈসে খাঙবদা
ঐ বাবে
য়াম্না বাবেদা!

অঙানবা অমেঙবা মঙাল পুদুনা খোবক্কদবা
ঙাইহিবি ঐনা নুমিৎ অমা
নঙনা ঐবু থাদোক্লুনা চৎখিগদবা
মতম্না হেক ফংলিবমখৈ
পেন্না অমুক্তং পোখাজহৌনবা
য়াম্না ঈংনা
চিক্লা।

# ৱারীনি ইথরিবা

ইউন অসি খোল্লগা ফৌবগে
চেবাং ওইনবা পাক্লা নুংশাদা,
ঈ অসি হান্দুনা থল্লগে
ঙাংশং ঙাংনা মুকফু থন্না;
ফজবা শরু অমা শংলগে
খুংপায় চাবা খোর্জে ওইনবা।

লমদমসিদা পোকচবশিংগী
লৈবাকসিদা হিংজবশিংগী
ইগে খল্লি ৱাবী মীয়ামসিগী
কাচিন কোয়া পুন্নমক ফাক্তোক্লুনা।

কয়া অমনা শীংথানৈ
মীখা পোল্লক্তে কৈদৌনুং,
অদুবু
মতেক মতেক নীংতম্বগী মঙাল মুংখিবদা
ফংখিবা চৈথেংগী মমিদি
হৌজিকসু কোকপা লৈত্রি
নৌব' থম্মোয়গী লৈমায়দগী।

হাপচিনবদি লেপত্রি ঙসিসু
নুমিৎ খুদীং চৈনা পীবা থৌদোক মশীং
কবন্না পাউদন্নি অৱাবা খঙলক্তে
কবন্না লীগনি মীখা পোল্লক্তে
তুংগী মীবোলদা

চনবা ঙমগদ্রা ঐগী ইউন অসিদা
কোন্নবা ঙমগদ্রা ঈগী মূকক্ অসিনা
তেকপনা হানগদ্রা শরূগী খোর্জে।

অয়ুক্কী নুমিৎসে হন্দোবকপদা মঙাইবি
মঙাল অসি য়াম্না মেওলি
অহাঙবদা হরাওনা চেন-চোংদুনা শান্নরিবা অঙাংশিং
মপোপ-মতাং চাউখৎলক্নি
মপাঙ্গল কনখৎলক্নি মখোয়
মশাদা য়ৈবদা লুপ্পু শাবা নুমিৎকী মশেক্তা,
হবাওনা মকা লামজবি
তনৌ তনৌবিবা নুংশিবা মায়খোঙশিং
তাদে মবানগী মমি মচেৎ অমত্তসু।

শাগৎলকপা নুমিৎকী মৈশানা মখোয়বু শীংনব্রা?
ঈ খেগৎলকপা মখোয়গী পাঙ্গলনা নুমিৎপু শীংনব্রা?

কবি হায়না মখোয়বু তাকপিগনি
করম্বা বাহৈনা মখোয়বু তম্বিগনি
কদোমগী মায়কৈদা খূদোনবী থিনসিগে;
ইদবদি য়াদে লমদমসিগী বাবী
ময়েক শেংনা
মপূং ফানা
চহী কয়া ঙালহৌগদবা
মূৎপা নাইদনা লংনা।

লোইবা য়াদে তবাই তবাই বাবীসে
তাঙ্গোয়তনা পৈখৎলকপা
উৎপূং অমদা হেক্তা।

# করম তম্মি নফমদা

মরেপসে মখোয়গী
উতোন বাতোন চীংদোন কাওগৎতুনা অতিয়া পকত্ত্রবনিনা
কৈদৌঙেদসু নোঙ্গ্বকপা ওমদ্রে
অনেম্বা নাপী শীংনাশিংবু উননবা।

হেন্না অৱাংবা অমুক লাম্লনবা হোৎনবদা
নেংখায়দুনা মখোঙনা মনা-মপান থদৎপিবতা নত্তনা
ফুক্তোকপি মক-মবা মালেম লৈশানুংদগী শত্তোক্তুনা
অমুক হৌগৎলকপা ওমদনবা।

'সিবু পাউনি হায়দুনা
কবম হবাওনা তম্মি নফমদা!
নীংতম্বগী কূশ্মে
শম্বল মনুংদা নোংশাগী খোল্লাও
লৌশিং চাউবা শওমগী পাউতাক ৱাবী
খুৎখোং, খুৎয়ৈ, খুৎথীন হৈবশিংনা হৌনা হৌনা . .
শম্বল ৱাংমগী লম্বীদনা অপন-অথীংগী পল ময়াম
কনাসু নীংতম্না খোঙকাপ কানবা ওমজদবা ..
য়েক্রুবনি হায়বা মচিন-মনাও হাৎপা ওম্বগীদমক
উংলি অৱাংবা থাকী ইকায়খুম্নবা
থেৎপি মথবাক্তা লংত্রিক লংবা কোবী কোম্পাক
থৌনা হাপ্পি মখা চত্থনবা।

'সিবু পাউনি হায়দনা
কবম হবাওনা তম্মি নফমদা!

নীংতম্মা চৎলি ঐখোয়
উম্ফল হৌবা অমদি লৈখোম খোকপা লম্বীদা
ঈকংথা অমদি নোংজুপা অনীমক্তা।

থিংতোক-থিংজিন অসিতদি
ইনীং ওখাক তল্লি ঐখোয়
লম্বীসু বাখলসু।

মচাশিংগী অব্বাবনা ইমাগী
ইমাগী নুংঙাইহবনা মচাশিংগী
য়েংবিয়ু-
থাগে হায়বিবা থবায়শিংসে
ইমা মাগীদমক্তনি
হৌনা লাউবিবা খোঞ্জেলসে
শেংলবা ইমাগী মিংসেল্লি।

মচীনবানগী খোঞ্জোকসিবু
তশেংনা থম্মোয়গা মবী তৎনবব্রা
চেৎনা শম্লবা ইঙম ঙমদ্রব্রা?

মচী মচী য়াম্মা চাক্লি
মতৎ মতৎ ইতা তাবি
মচোই মচোই ইচাই চাইবি!

'সিবু পাউনি হায়দনা
কবম হব্বাওনা তম্লি নফমদা!

# পাউজেল পাউথাং

ঙসিদি
নঙ লাই ওইদুনা নিনা
নীংশিংলমগনি থাজদে।
নঙনা থৌবাং য়াম্না চাউনা তৌরম্মী
নবমদম্বু লাইবৈবাক্কী থাক্তা থম্লবা
মালেমদা তোমথিন লৈচল ওইনা ঙান্নবা।
অদুনা
নঙগী খুনাম ফনা কুপ্না থিজিন্নে
অনৌবা খোঙথাক্ষম শেম্লবা,
নঙগী শোবম-শোমিৎ ফনা য়াম্না নৈনৈ
মহয় ফংবা পম্বুং তান্নবা।
শীংনকখগীদমক নঙনা
মীচমগী থম্মোয়দা নেৎপা লৈঙাকপশিং
তাখিদনা মীবোং।
খক লোৎখিদে নঙদি
চীং-মান উমং-ম্বামং নাবক-মোংশোংদা
লোৎখি নঙদি লেঙদনা
মীয়ামগী থূপ্লবা থম্মোয়নুংদা।
নুমিৎ চুপ্পা বানা লৌ শুবকপা
নুমিৎ তাখ্রদুনা মল্লকপদা
পাখৎচৈ মমাগী থম্মোয়না
পীক্লিবা মচাশিংগীদমক যূমদোম্পোক্তা লৈহৌবা,
চেনচৎ চৎনা লৌকাবকই মতৈ-মনাও।
ইমুং-মাঙোল শিৎ নাম্না শিৎচিনবী
চাকখুমদনা থোংলবা চাক-ইঙ্গাংনা ফোং-ফোং শানা থম
উফূল মবক্তা নুংথিল শান্নকবা মচাশিংবুনা

মখোঙ-মখুৎ হাম্বতোকপী
মনপ-মতীন শিংতোকপী
মমায়-মমীৎ তনান তনান
থাউমৈ চুখত্নুনা লাইরিক তাকপীরম্বদা মপি তানা হরাওখি
মীবোৎ নঙবু কোনখিদো চেংনা মথম্মোয়দা।
নঙগী অবাংবা ফিদম
নঙগী অরোনবা মহৈ
করম্না মৌহ্নসিগে নঙগী পাউজেল
করম্না পীসিগে নঙগী পাউথাং
অরায়বা লোম্দা
মখোয় ...মখোয়গী মফমদা!

# ঝাৈমনুংগী য়েরুম

নোংমা নোংমগী
করিনো খণ্ডদনা চাউরকই অসুম
উবমদবা উবকই
অয়ূক নুংথিল নুংতিগী অসুম।

খূজিন খোংনবল্লা তোক্লখি
শম ফোয়নবল্লা লেপ্লখি
খংননীংলল্লা মাঙনখি
শাউননীংলল্লা কোক্লখি।

থীনা থীনা ঙাঙনখিবা
কল্লক পেন্না চৈনখিবা কয়াদো
মচাক ওইবকই হেন্না নুংশিনবা
ময়াই ওল্লকই হেন্না নকশিন্নবা
খোঙথাং হোংলকই অসুম অসুম।

খোয়শাউনবল্লদো মশক হেক উকবদা
লৈতাদ্রে ঙসিদি মীৎকূপ অমা হেক উদবদা।

কবিগীনো থম্মোয় নঙবু ঐনা খাল্লা ঙমহৌদ্রিবা
কবিগীনো পূক্নীং নঙবু ঐনা ফাবা নংহৌদ্রিবা
কবিগীনো ঝাখল নঙবু ঐনা ঝাবকপা তাখিদ্রিবা ?

থাজখিদ্রবা মীৎকূপ মচা মচাশিংদুগী
ঈবীক মচা মচাশিংদুনা শেল্লকখি চাউববা ঈচেল
ঈহৌবকখি ঈথক্রা ঈবাউখোল খোক্লদুনা
তাউথত্রি থম্মোয়না মপূম ওইনা
মশাল মবা যূক্লদুনা
ঈচেলগী পরীংদা মীৎয়েংদগী তামখি অসুম।

লম্মাংনগল্লবা মাগী খোঙচৎতা
মহৌশানা পুরি পুন্সিবু মনীং তম্মা
তাউরিবা হকচাংনা লৈশিল্লি কল্লবা ঈরৈদা
শেংদবা মশেল মবাংবা বাখলনা
পাইখৎলি বাংনা তরংদা অসুম।

ওঃ নঙ থুংলবেদনা
কোনগে লাও থম্মোয়দা চেংনা।

হে! পুন্সি মীহুৎ!
মঙলান কয়া কয়ানি শাগৎলিবা
শিন্নগে থৌবাংলিনে নখুবাক্তা তুংলমচৎ;
নঙ বাখল হকচাং ফৌকো
নঙ মবম ওকউকো
নঙ থৌনা লৈযুকো
নঙ নমায় পাকউকো
হাপ্লবনি য়াইফবোল পূন্না নফমদা।

নঙদি পোকপদা কপ্তে
লেঙবসু লেঙদে
তুমিন তাদুনা লৈ
নিংঙাই য়াওদনা ঙৌগ্রোক ঙৌনা অসুম।

অপ্যাবা কায়গনবা মকুনা য়োল্লি চাউববা মঙলান
থাজে নোংমা নঙনা পীগনি লংলবা মঙাল।
অদুবু
নখোঙ নখুৎ পান্দ্রিবা নঙদি
ফুমদুনা লৈবি য়াওন্বসু ঙমদা
লেপ্তুনা চাক্রকিবা বামৈনুংদা।

# মতমগী খয়াংতা

কয়াদা ফজখিবা
লিরি হুন্না মালংগী তাম্না শহুমদা
চাইনা শান্নজখিবা শাইনোনগী শন্নাং।

খোইদাজকবা কনাগী মীৎয়েংদা
তয়ালগী খজাইবু নোংথাঙ কুপহনবা
নুংশি মচু চেংনা শঙজিল্লবা থম্মোয়গী ঈথিলনা
ফেল্লকখিবনো কবম্না লময়ৌবী মোমোন মীনোক
তঙাংবী চীনবান্দা!

চিংথুখি শুব্দাংপতনা পুক্লীংবু ঙাওনা ফৈনা
কয়াবক নৈহৎপিখি থম্মোয়বু মফোন থোক্লা।

মতমগী মালংবা নঙ তমথীম্রে
কবম্না ওল্লক্লি শাথীবা নোংলৈ নুংশিং!

কদায় তান্না হুমদোকখিবনো তগোক তগোক মাবু
অপাইবা লৈচিলদবু নপলিগদ্রা মাগী নুংশি মীনোক
অমঙবা নোংহৌদবু পল্লিগদ্রা মাগী নীংথিবী শন্নাং!

হে মতম! নঙ!
নঙতননিকো!

## মগুদা মগু

গীতা মশীং য়ামহনগুমসি
মখল মখা অসুম থোয়ক্লবদি
থেংগায়নবকপা য়াহি পাউতাক ময়াম।

মান্নদবা বাইবল মবোল য়াংনা পৈখৎলবদি
অপাবা মীদি শোয়দনা কোক ঙাওগনি
পঙ্খুং মাঙবা য়াহি লন্নী চয়েৎনদুনা।

পুয়াদি মতম খুদীং লাইগী বা ওইহনসি
ঐ কৌবা মী অমময়া লৈবাক্কী পুয়া শেম্লুসি
চমজববা খুন্নাইগী মীয়ামসে
নুংঙাইনা অচুম্বা লন্নীদা চৎহনসি
পঙ্খুংগী মঙাল উহনসি।

মগুনবিবা মগু মশীং হাক্লা য়াম্মনখ্রে
মগুদা মগুবা মগুগী মহয়বু
চাবা ফংগদ্রনে তাইবঙদা মহাও খঙনা ?

## নাপীগী মপোক

নাপীশিং চগুশিল্লকই হনবা লৈতবা খোঙজং
শজী শঙাইনা মখোয়বু হেক্তা চাবা য়াবোই
মখোয়সু মালেমদা নীংতম্মা হৌজফম থোকই;
পুন্সি খোঙহৌদা নানৌ য়েন্নীং হনবা মতমদা
করিগী তমথীনা শং শং থংতুনা চাবিবি?
অকনবা খোঙজংগী লুচিংবা খব্যা ফাবিখি
থুনা মোইথেম তৌদুনা তাইবঙ মপুনা শীনখি
মখোয় পোকহনখি শজী শঙাইগী মপোক ওইনা ।

নোংশা কৈনা তান্নদুনা ফাবি শজী শঙাই
মচীঞ্জাক ওইনা মচেং মচেং শেত্তুনা চাবি
মনীং তম্মা চেন চোংঙমদ্রবদা পেন্দ্রে মখোয়,
মোংফম ওইরক্রবদা প্যাক্রা চাউববা উমং
হিংফমগীদমক চগুশিল্লকই অকনবা খোঙজং ।

মরোল থেংখাং থোক্রা ৱাবী শানৈ 'য়াংবা থাক্কী
থা চংখি চহী হৌখি পাক্রা য়ানবা ঙমদে
হৈথোই শিংখোইবা তাইবঙ মপু কোক চাক্রা শাখি
লুচিংবা শজী শঙাই খব্যা থেম্বা তাবকখি।

চীবোলদুনা মখোয় পোকহনগ্রে নোংশা কৈ ওইনা
মতম খবা পাল্লকই মনীং তম্মা নুংঙাইনা
মীনুংশি চেল্লক্তে থশ্মোয়দা অশোন অনাগী।

নোংমা নুংঙাইরবা অয়ূক্কী নুংশা মঙান্দা
মথূংতা থূংলায় পায়বা মীনা লাকখি শাদানবা
লান্দারৈ উমং মপু নোংশা কৈগী মথক্তা
হিংনবা তাঙবল থাদোক্তুনা তারক্রে চেনবা।

করম্নদি নাম্ভোকনি নোংমৈ মরূদগী
চৈনাখোলগা লোয়ননা তাবে মীগী মখুৎতা;
বায়েনগীদমক বাকৎফমদি তাইবঙ মপুনি
থাজিল্লকই বাকৎ চবুন অচুম্বা বাবোইগী
চঙশিল্লি খোঙজং হিংবগী মফম লৌননবা
শীংচেপ চেংনা থাদুনা তকশিল্লি বায়েৎ কন্না।

বাখোক্লা লোইম্রবদা তাইবঙ মপু কোক চিকই
থেম্নবা নোংশা কৈ মখল মথেল লম্বী খিরি
লৈঙাক বায়েলগী লৈজবা কোক মখৈ থাদবি।

ঈবাঙ লুচিংবা ফাদুনা তাবেদো থেম্বদা
লোম্না হংবা ময়েক্লি নোঙ্গবগুম হয়িংদা
মখোয়দো মীগী মপোক য়ানবেনে পীবদা।

মতম খবা চীঙ্গাক অহাওবা কূম্মৈ নুংঙাইবা
ফজবা য়ুম মরূপ মপাংশিং চাওখৎপা খুন্নাই
ঙসিদি কনা লাক্রে হাং তূপ্পুনা লাকথুবা
পেঙ্গবে খঙ্গবে মীওইবে মপোক 'সিমঙাই।

মচা চাউবে মসু য়াম্নকই শাগৈ পাক্লকই
নুংঙাইবা অখোইবা অচৌবা মুন্নখৎলকই
মৈবীক মচা মচাদগী মৈজাউ হৌগৎলকই
মফম খূদীংদা লাঙ্গাউগী খোঙফম শেম্নবকই।

মালেম লৈমায়থক্তা মৈবীনা মবৈ তল্লকই
মীৎকূপ অমত্তা ফানা থম্মোয় ঈংবা ঙম্লক্রো
য়েংলকই তাম্না লম্বাঙগী অশংবা নাপীদা
ঈংনা শাথেক্লিবা লেঙ লেঙ নুংশিৎকী ইপোমদা
শোল্লকই 'কল্লকইদকো নাপী নঙগী মপোক'।

## লাইহ্ নীংবগী কোলিফিকেসন

- অহল ওইবরুবা মতমগী লল্লীদি মসিতনি
লল্লীসিদা নত্তনা কদায়দবু চংশিগদৌরিবনো ?
শোয়দনা মিং চনবিয়ু ওঝা।

- লাইহ্ নীংনবগীদমক মিং চনবদা
অদুক য়াম্বা শেলদি ঐ ওল্লোইদা।

- ঐখোয় শূম্নমক মপুনা শেম্বীবনি
তৌবিমল খঙবা উংফম থোকই মঙোন্দা
শেল অসিদি অমবোমদা কবিসু নত্তবনি।

- মঙোন্দা ঐদি তৌবিমল য়াম্না উংচগ্রে
থবক ওইনা, মীনুংশি ওইনা তাঞ্জা কয়াদা,
শেল ওইনা শেলফম খঙনা শিংবতদি ঙমজদ্রে
ঐ য়াম্না লায়রব্জে লন-থুমসু লৈজদে।
কবি নত্তবা শেলসিদা লৈবিবসি ওহ্মোক্লা য়ামগ্রে
মপুনা পীবিবা পাঙ্গলসি লোইনা তেকথ্রবনি
কবিসু লৈতবা শেল মাতবু তান্নবদা।
মপুগী মিংখৈ পেন্না শোন্দুনতা লৈজবা অদোম্বু
খোঙ রানা লাকহল্লিনে শেল মাগীদমক ইনাক্তা।

- অদোমসু অচৌবা ওঝা অমা ওইবিরম্বনি
তংখায় ওইনা মচেং নংত্রগা মশুং মশুং থীবিয়ু
মিংতদি শোয়দনা চনবিয়ু ওঝা।
ডাক্টর ওইবম্বা, ইঞ্জিনিয়ার ওইবম্বা, মন্ত্রী ওইবম্বা কয়া
লোইনা মিং চন্নববনি থোক থোক থীদোক্তুনা।

- মখোয়দি শোয়দনা য়াওফম থোকই খঙ্গরমগনি
মথুং শাংনা তিংথোক্তুনা য়াম্না থোন্নমগনি
মশানা পুবা থাংবা য়াবমখৈ নম্বো নম্বো
পাজল কম্ভিডে মপান ফরিডে মমায় ইকায়খ্রিডে।
মীয়ামগী লম্বী লমজাউনা উম্ফুল লৈথোম
ময়ুমগী থোজাল শুমাওনা শিং নানবা নুং;
মীচম অত্তাংশিংগী মহৈ তম্ফম্না ওক্নোন শজোন
মখোয়গী মচাশিংগীনা মীয়মগী অয়াংবা মহৈশঙ;
অহাওবা মথেললনা নুংতিগী মখোয়না ফংবা
লায়রবগীনা নমথীবা ফাওবা নোংমত্তা ফংহনখিদবা।
লাই নীংফম থোকই মখোয় অহল ওইরক্রবদি
মিং চনফম থোকই য়াল্লবা শেঞ্জাউ থীদুনা
নংত্রবদি
কোকপা ওন্নোই মাওলমচত্তা শঙখিবা পাপকী মচু
অফবা মখলগী হীদাক হাপ্তুনা
ফনা মমল য়াম্না ফিত্ত খুংলায়না সৃদুনসু।

# ঐগী মীৎয়েংদা তাইবঙ

নঙগী খূৎলায় ময়ামসে
ঐ মশীং থীবা সুকঙম ঙমদে

অঙল্বা অখঙবা অনীদং পল্লবদি-
'নুংশিবা' অঙকপা খূৎলায়নি শেমগৎ শাগৎনবা
'য়েক্নবা' অকিবা খূৎলায়নি য়ৈথায় থুগায়নবা
অতৈদি ঐ মশীং থীবা সুকঙম ঙমদে।

নঙগী মচাক-
অমত্তং হেনগৎহনবসু য়াদে
অমত্তং মাঙহনবসু ঙমদে।

মশক হোংদোক হোংজিনগী কূন্মে
লেপ্পা সুক্রে লৈতে,
মীৎনা হেক উবিবনা অনীতনি-
'অহিংবা' অমসুং 'অশিবা'।

উমঃ মসি
তাইবঙ কৌমাল্লেকো
নঙনা শেপ্পা

# খঙদবগী

নঙগী শুদ্ধাংয়াই পুবা মীনোক্তো
য়েংজনীংবনা ঙাওজখি মীৎকৃপ খৃদীং
তমখীবা হূনি খঙদবগী।

নঙগী থম্মোয় হূবী মীৎয়েংদো
মীৎচাননীংবনা খোয়বাঙজখি পোত্থাবা লৈতনা
অচাকপা মৈবীনি খঙদবগী।

নঙগী খোয়থুম্বা নপাউ খোঞ্জেলদো
তাজনীংবনা ঙাইজখি ঈখৌ লাংনা
থৌববা থাঙশাংনি খঙদবগী।

চাইশিল্লু হূ নৌববা হকচাংদা
চূশিল্লু মৈবী ঈংলবা বাখলদা
থিঞ্জিল্লু থাঙশাং থোৎলবা থম্মোয়দা।

ওঃ মসিবা অশেংবা মহয়
নঙবু পামজববগী!

# নংত্রবদি

- নঙ অবাংবদা লৈনীংদ্রা
  ঐখোয় চীংথক্তা কাখৎসি।

- ঐ চীং মথক্তা কানীংদে
  ঈংনা চীক্লা চীংখোঙদা লৈজগে।

- হৈৎঃ মদু য়ারোই, কাগদবনি
  অবাংবদা নুংঙাইনা লৈগদবনি;
  সে ঐবু ননজলদা পোখৎলু
  চীংদোল য়ৌনা পুখৎলু।

- মদু ঐ ঙমজরোই
  ঐগী পাঙ্গল লৈজদে।

- ঐনা হায়বা ইল্লু
  নংত্রবদি
  নখাং থুদেকনি
  নখায় লৌগনি।

## নশুংলাংগী নহাকথক

নঙগী মোমোন মীনোক্তো ঐনা য়াম্না খোয়দাখি
নঙগী খোয়থুম্বা বাহৈদো ঐনা য়াম্না তানীংখি
নঙগী নুংশিবা মায়থোঙদো ঐনা য়াম্না য়েংনীংখি।

নঙনা অসুম চঙশিল্লকগা থোংনা নৌববী নথানুংদুদা
নগাম্বোম অনী তিংথোক্লুনা ঐবু চেংনা কোনশিল্লকপদা
ঐদি অদুম চাকথেকক্লে নঙগী মৈবী লকানুংদা।

ইমাগী শিয়োম্নুংদগী থানবা লৈতনা লোয়নবকপদো
নোংমত্তা মশক উজদ্রিবা নুংশিববা ঐগী থবায়দো
পাম্মু পাম্মু নশুংলাংগী কায়নবদা তাবেদো।

# মথৌ শঙবা

য়োংনা শাবা ওইদুনসু
থৌবা হৌনব্রা মথৌ শঙদ্রিবা থাঙনবু;
মবুং ফনা হৈবা মীনা শারবসু
মওং ফনা নীংথিনা মাল্লবসু
তূম্লদি ওল্লোই য়াল্লুবা অমত্তসু
শংদুনা অদুম তোক্তনি ময়াদু।

নতৌদুদা নওবু নুংশিদুনা নিংথৌ হাপ্পিবে
থাজবা থম্লদুনা মীয়ামগী য়াইফনবা তৌরক্তনি।

রাংখংলক্লিবা পূম্নমক নওগীনি হায়বক্তে
নওগী কাওবুনা লোইনা ওইশিল্লক্তে
লাম-লামদুনা পায়শিল্লক্তে
মীয়াম্বুনা নমীংতা অমত্তা উখিদরে।

য়োংচম ওইরম্বা মীশিংসে
থোংলবা মথম্মোয় মথম্মোয়দুদা
নওনা তোয়না মৈ ঈল্লবনিনা
মতমগী নোংজু ঈশিংনা রাংনা মৌখংলবা
ঈমায়সিদা লৃপুনা মথৌ লোইনা শঙব্রে।

পীরনুকো থাঙলোন তম্লবা অঞ্জাদি
শোয়ফমব্রবা থাঙহাই অমুক্তা
পুমচাই চাইরনি লফু থরাক লৈমায়দা
নওগীসি খরা খিং রাংমনব্রে।

# খৌরাংলিবা অচীকপা

করিগুম্বদা
ব্রহ্মা কৌবা লাইদুনা ফংদে হায়নরিবা
ঐনদি লায়না ফংলবা তাইবঙ মপোকসে
পোংশক ওইরকই পুঙম থাংঙমদবা।

করিগুম্বদনা
চেক্লিবগুম ফাওবকই বাখলসিদা
মঙম শান্দ্রবা খোঙজেলনা
ঈখেংনা লুপ্লবা অশিবশিংগী হকচাংতনা
পুমচাই চাইনা তারিবা লানফম ফাওদুনা;
য়েশিনখ্রে নাকোঙসিসু
অশিবশিংবু শেত্তুনা মুন্নবিবা লংজাশিংনা
মখোয় মশেল চীক্রবগী য়াক্রবা খোঙ্গেলতনা।

অদুনা করিগুম্বদা
ওইনীংলক্তে ঐগী মপোকসে ঐগী মপোক,
ওথোক্লা পামজবক্তে -
চোং ফন্দুনা হাং-তুম্লা গুম্বগী খৌনা,
খৌবাংনা ফংনীংলকই -
সুক্লবা চীংজাউগী লুরবা লোক্তুংদা
কুমজা মশীং নাইদনা তুমিন্না তাবিবা
ইশং কাববা নুংজাউগী মপোক
লেঙদনা লৈবা গুম্বগী খৌনা।

# মোংফমগী কোম

হন্দক মরকসে
নিংথৌসু অচানবা মনাইসু
নিংথৌবু শীংনবা ঙম্বশিংসু
উবে তৌ তৌদুনা শান্নজবা
মশা মশাগী মোংফমদু।

মখোয়দি
ময়াই কাববা শক্তম্লি
অকিবা লৈতে মশাদা
চিংনবা পোক্তে মথম্মোয়দা;
মতৌসিনা তশেংনা উৎলে
য়াতানীংবনা খাঙওমদ্রে মখোয়
মোংফমগী লৈবোন্নুংসিদা।

তৌথোকপা হাকমল্লবনিনা অথিংবা লৈতনা
কা হেন্না লাওথোবক্তে কোম অসে।

শিবগী মঙ মঙজদ্রিবা
তোন্না তানা হিংজবশিং
চাউথোক্লবা মোংফমগী কোমশিংদা
মফম পীগে কৌবক্রে।

মীৎকুপ খুদীংগী
নুমিৎ খুদীংগী
পাকথোবকই অমসুং লুথরকই
মোংফমগী কোম অসি।

## মাইবৈ লাইপাউ

নবলদি পৈশিনবা হালেংদ্রগা
নখোয়না ইমুং পীকশিল্লিঙৈ
লৈবাক্তা মপাঙ্গল শোঙ্খবকপদা
লুপ্লিনে ক্লাকশিংনা চেন্নবা।

খুঙ্গাউ লৈচাউবা হায়বদু
লৈবাক চাউথোকপা নত্তেনে,
শিংলে পোঙলিবা মীশিংসে
মীৎয়েংদি খাঙতপ্তা মতংলি।

পাঙনা পাঙনা উদ্রিবসে
থিনবদি শোয়দবনি চৈনা
মখোয় মখোয়দা পাল্লিবা
ইরুং লংলিবা মমীৎসিদা।

## ঙাইঙমদবা

করিগুম্বদা লৈথিদ্রি
তাল্লবা নুমিৎনা থোবকথিদবা
অদুবু মীওই কয়াদি নুমিৎ থোরকপা উথিদে
চৎথিবনা নুমিৎ থোরকপা ঙাইঙমদনা।

করিগুবদসু থেংনথিদ্রি
থোরক্কবা নুমিৎনা তাথিদবা
অদুবু মীওই কয়াদি নুমিৎ তাবা উথিদে
চৎথিবনা নুমিৎ তাবা ঙাইঙমদনা।

## ইমাদা

ইমা' অহীং অসিদি য়াম্না চীক্লে
হোংবা লৈতে মাগী মহৌশাগী শক্তম
তীল কাওগী ঈশৈসু অদুম মতারি
শৈশক মান্নরবসু খঙদে হোংস্নবরা শৈবোলদি।

খেঙলক খেঙলক্লগা অহীংনা চীকপা হেন্লকপদা
ঐগী থম্মোয় তাঙবলদা ফন্নিবী ইমা নঙদি
মীৎকুপ অমত্তা ফানা নুংঙাইনা পোম্বাদে
মীৎলু নাপোম অনীদা পিগী ইপোম ঈহৌবি।

পাম্লোম পাঙল শোল্লবসু নচা ঐনা
লাম্লেংনজগে ইমা' মীতোপ মীবমগী য়েক্লববুদি
ইমানা পোকপিবা ইচীল ইনাও হাৎনৌ হায়বসিদি
ঐদি ওমজবোই লানঙম যিম্বাল পামজদে।

